# চহুই নৈরোং শাম্বগা

## লোইরাং কংলৈরোল

### ( পাটলিরাই পিরবগী মতুং )



শকোয়বা :—
থোকচোম থৌরাংবা মৈতৈ

# [illegible] ভোমৈং পামপা

## মোইরাং কংলৈরোল

( পাউবিরাই শিখ্রবগী মতুঙ )



অকোওবা ঃ—
থোকচোম খোয়াংবা মৈতৈ

হক পুন্নমক অফোঙবগীনি।

অহানবা ফোঙবা ফেব্রুৱারি ১৯৮৮




কোপি মশিং ১০০০

মমল লুপা ৮/-

নম্ফম :— ইপাই প্রেস, কোন্নুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# [illegible]



[illegible]

## অকোংবগী বাক্রোল

ময়ামগী মফমদা অকোঙবনা হাইহে খরদং কোংদোকচরি। ঐহাক্না হন্দক ময়ামগী মফমদা কোঙদোকচহুনা থুদোল তমজরিবা চহুই লৈরোং পামপা কোবা পুয়া অসি, অরীবা চেদা মৈতৈ ময়েকনা ইহুনা ঈপা ঈপুসিংনা থম্মোইরমবনি। হায়িদি মোইরাং কংলৈরোলগী মনুংদা চহুই লৈরোং পাম্বনা পাউবিরাই শীগ্রবগী মতুংদা নিংথৌ নাই ওইনা লৈখিবগী মতাংনি।

পুয়া অসিবু ফোংদোকচহুনা ময়ামগী মফমদা থুদোল তম-জগে খল্লহুনা State Kala Academy গী book publish grand কী form লৌজহুনা থাগৎচরুবদসু selection তৌ-বিরকতুনা grand পীবিরকই। মসিগীদমক্তসু ঐহাক্না State Kala Academi বু তৌবিমল থংবা উৎচরি।

অকোংবা

খোকচোম থোয়াংবা মৈতৈ

কোংবা শৌদোংপুক ইম্ফাল

# চহুই লৈরোং পামপা

? হায়' হে লিক্লাই ও ইপুঙথৌ নিংথৌরেল পুমাবা নদাইরেম ঙয়ম চিনকোই ইরাকমনা নাহাল নোং হয়িঙৈগী কাওরেল লাইথেঙ থোইমানপী চৈয়ে কনপা মচি শাংহাই তুম্পনা মুমু শলপা তাম্না হামরাওনা তোক্টথৌরকে মৈদিংঙু চনু নাওরেম ঙোল রাঙমলোল রাকচিঙ থোলশাপি লেময়োল চাইপি কৌরি মুমিং মানা থেলেল মরি ঙানফংবি হাঙরৈ নোংপোকলা পাঙপারম লমখেংপ থেলতি খোইপু মরিংনা ঙরাও তরাংনা কনতৈ লৌতমনা উস্নুনো হায়না লমচেঙ লৈখোংএ নোংনেম থানা পাঙনা। খেংপা থেলতি ময়ুম নোংয়াই থুমলানা থাংসা ঙাইখোঙ থুলপি লোলং লাংতানা তাবনা উস্নুনো হায়না হৈপে.ক থেল শাইয়ে হাউরৈ নোংচুপলা পাংবা লমখেংপা থেলতি কপুই হাওচোং মুংপুনা কাইমুক তেনা থাশিং থারাং কারিং শোংপুনা উস্নুনো হায়না লেময়ো লৈখেলও অরাং লাইনা পাংবা লমখেংপা থেলতি ঈপাম পাথাই নিংথৌ মাঙামপা পলমরু, চেঙকোই ওইনম চীঙ সানা পুলতোংপা লৈমা য়াই, থমপা:ল নোংশারৌ, চিঙ য়াই সানতেং য়ী, কেকে সিঙ্চা কৈপু তালনা খলপা নঙপুমুং হে ইপু মুং-খোঙপা অমম লৈসারৌ মালেম লৈশেম খুংলাম তকুপ পুরৈ চিঙ মাঙন রাংপা চীংতোলপোক চিঙ সনা নাপোম তরেং তিনপা তরঙ রাংপা চিঙ মাঙন নোংখল চিঙতোম পোকতা রাঙনপা লায়িংথৌ নঙপুমুং হে ইপু উতিন নিংথৌ উতিল লুককাং নিংথৌ থাওখুতিল থাওরেলনা রাকপু ঙাইরোইননা তুপু চিঙনে তুপু নঙকী লাইহুই

চিঙপু তানলনা খলপা লায়িংথৌ নঙপুম্নুং হে ইপু মহৌ ফৌকী ফৌতং নিংথৌ মহৌ ফৌতং লোল লৈকি মরি থিনকম নোংকী মরি পাইনকম অরাং লানম্নু চিঙ নামুংকী মৈখু মতম য়েংনা লাংচিঙ খপলেল মৈ চকমোম থামপি মৈরম তরেৎ মানা রাই-থুংকম মালপি মুংতেক চিঙ য়ারৌ শাখু লিনকম য়াংলৈ তাওপা হুইমাংকম মৈরাপোংথোক লম মহৌ ফমতং লোলপু তানলনা খলপা লাইয়িংথৌ খোইমোম চিংঙুরা নঙখোয় তরেৎ মাপু ননোংয়াই লোয়ম নোংয়াই নাচা অতোল পুখ্রলপা উলপি পুক-থোক মাংলপা মকোই পাওনিংশিংপু রাংলপা এৈনা ইতু লিশিংমা শন্নাং লাখামা থুৎপাং চাংজো তারা মানা লরাই শমতোং ওই চাংচৌ চেপ্পা লোলনা মালেম লৈকা পক্লা হলনা হলনা পুরুম-চরমপনে অম্নুং পুরুমলপকা লাইরেল মৈত্তিংঙু পোইরৈ নোংতম লেল অপা নিংথৌরেল লোইপি খেরু রাংফাপা লাইরেল সনা মহাক থক্তা লাইরেল মপাতোল চিঙথংলেল পামচৈপা মুংনাংমুঙ তরেৎ খোমপা মালঙ খেনতৌরোকপা লিক্লাই কতোম তেলহৈপা হয়েল লালমি মুংফাপা পোইরৈ রাঙম নিংথৌ মাথোকপনা ইতাই-রেল অতোল নোংয়াই পুখ্রলপও লাহাল মমাংকী অহল মতম ওইপাশিংনা রারিনরিপা নোংপাল চহুই লৈরোং প মপা হায়পকা মরুম খুরাং লাংমৈ রেমপী মশানৌ লুরাং মীৎনম মাইনমপাকা মশল মালপী ঙারা পুংচোংপকা মরি মানা লোইপি চৌঙতা কা মুংপী য়াশৌ নেৎনা কৌপা মছৌ মরৈ কাই লোইপি মালোই মপুঙ তাক্লা পলথেংঙে হায়লপু লিক্লাই কোরৌ ননোংথৌ এৈনা রারি নাতৈ থিনা না তানিংঙে ঈশৈ পরে মাপু শৈশেমলকও হায়না পাওমেলথোলকী মতাইরেম লোয়ম নোংয়াই নাহা কাপি অতোল পুখ্রলপা লাংচেং মখোকলকপনা অহল মতম ওইপাশিং-তকী রারি মৈনা রাই তাঙনা শমনা' নাতারৌপপু মোলত্তেং

য়াইরুপাক মথুম হাংনা থম্মোই কাইশিং লিওন চেং য়াইপি তোন-নৌরি অশেংপাপু থাপা লিকলেং তংনা লিক্লাং চোইনা কেনপাপু ওকসোং পুমথাং লোগনা থাপা লিক্লেং হৌপা তুকুমপাপু রারি চিনতাই পরেং থি অশৈ তে.থ: লিওক লাক হেপলি নাতৈ থিনা শেমলশৈনে মতাইরেম লোয়ম নোংপাল নাহা থৌরৈ নোংচু অহোঙপা লাংমৈ য়'কোল নিংথৌম্নুং থৌকানাও চামপানা অলচি লাইয়ুমথা মুকমৈ নারিল শোলনা য়িরো শৈনে নহাল নোং হয়িঙৈতা থুরাই রাইরংপা ম'চাইকোন তাওচিঙ চৈক্রি লৈকাই মাপাল শাংতা থুলতা ফাপা মুংপাল হরা লাংপা খোইকোইকি মপারি মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাপা চমু চৈরৈ লাই মুরা রাঙম ল'ক হিমোম শাফাপি পাইমা সানা লিলকোইকৌ নোংপাল চহুই লৈরোং পামপাও তৌনা কৌএ নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা নাওয়োম মুংকী য়িথোইরকপা নিংথামুংকী য়েকলাপনা পামেল চুমপলৈ মহুললক কাকফৈ লোলচা মকাললক পাথঙ উলসাং মৈনাই থাঙলীপা লেপতম চোঙনা থরাই লমথক কাওকুম কোলকা তৈ রা'থৈ লখা কাঙকুম লিকা হুপনা পাথঙ খেনিং লমশঙতোং নানৌপা লেপতম চোংলকলপতা লমলেল মাতাইমা রাঙম খোইমু অহোংপা থালৈ মরৌমাঙ কৌখা পুকচাও হৌপারৌ কাওথুম লুরোই তালনফম ঙরং পামপা থাল'ল মরৌপাল লাংচিঙ খোইমু চমু কোংয়াং মচৈঙ অকংপানা লোকলৌ শোইরে হুল কোংয়াং নাপু ফানারা কেকে থুরাং থারেকপা কোংয়াং মনাও য়োক লাংশল কৌজেং রাপু রোংলি রাইনে মথিরৌতি মারাপাক মামু রৌতি মরাপিক মথি মমু রৌপু ঙমলোল নাতৈনানা মৈন্তিংঙু খোইনাই শেলহোংপম গুনা তরেং শেলপুল মপুম চিংলেল কোইনা য়ালনা মকোই হোংনেম চিঙপু নাতৈনা য়োইপু তানথোং লমমাপি য়াংলৌ লমমিং চুমপীনা হুয়েল লালশঙ শাংনা নারাই

য়াই থিঙলো য়োকয়া তাঙনা তেম থেঙলম পামপা কৈয়েক-লাপু য়োইথাননানা খোইযোম লাইয়োই চিঙ থুনতুন লমমাহলপু নাইজেনানা লুনলেন লাংচিঙ খেললং চিঙপু কেকে সামু থূরাং পানা হোঙনেমকে হাইপকী খোইমুচম ঙারাং য়ালপম পুমনা খোম ফালতেক খোঙচাও থাঙঙা কমপোং য়েনপংনা ককলা হেমচেং ঙারলনানা চিংলেল পুমনা খেলকা খেৎ চৈরৈ ফিঙৌ কুপ পাখঙ কুমচিংলোল ম'ইথকতা খোইনৌ মারাং মৈপু চেপ-থেৎনা চেকলা লাংনৈ তুকাং থে সারেল সাপু পাকতকনা য়িঙৌ লামাই চেনা যুহি লামাই তৈনা লাংচিঙ ফেনলাংচিঙপু হোং-নেমতৈ সামু থুর ং লাংমৈ রেমপানা নোংপাল হয়া লাংপা খোইপু সোললোই মাপা তাও মরুপ লোইনা থুংপাই সাচেংপানিকিনা আহোং কমমৈ য়েংলাও হায়না পাঙবৌতৈতা মাপল হৈনা মাতু ইল সানা লাংচেং মমৈ য়াইনা অহোং কুমৈ য়েংলুই য় কেকে অমু থুরাং পাপু লুরাং লিমারিং নোংকাপিনা ওইথি চেক সিমরিং নানতৈ পাতি পালোয় চেক উমরিং নানতৈপাতি থোং-থিং চেক চেকলা শাকন তুকাং থেক্লা হোংনেমএ হায়পকিপু অমু থরাং লাংমৈ রেমপাও তৌনা কৌএ অমু থুরাং লাংমৈরেমপা তৌনা কৌএ অমু থুরাং লাংমৈরেমপা ময়িম নাক থুরাং মশাই কোলপু মরাল কৈকারকপদা পাথৌ মাইয়োক থাফংনা থুৎচেং হংচি পাইনা ফম ফম মানারাপাকা ১০ লুকমাইরেম সারেল ফাহাপনানা অহোঙ কুমৈ চাকপু চামা নারিতৈ আমু থুরাং লাংমৈরেমপাকী মোমনু তাললোই মারুমপী সলথোঙ নিংথৌ চনু য়াইপিরৈমানা মাতুরোইনাই নোংপান চাহুই লৈরোং পামপা পাথঙ নেম নেম মকারক পুমুং চংপী লায়োনখোককুম নিংথিপা কাঙফৈ লোলচা মাতমলক হুইথৌ লাপা সারোংনপা লোকলৈ ঙাপোপ কাইকুম পামেল লোকমাই হেলকুমপা লাংপল তৌ-রকম মাতাম তোমশাংনপপ নারা থুৎচেং হংচি পাই সমলাং

তোনকা নালনা মাংকোন মাহুঙ লাংকী য়িমহুঙ খোঙকাপ ফালচাও থক্তা পুসিলখিরাপাকা লূরাং মাপাও হং হুংপাল মরা তানা চুকাই পাওসা রাপু ঙাইনোকনানা কম কম মানারিইঙতা য়াইপিরৈমা মামোমঙ্গে'ল মপান্নী থূরাং পামিংনাপাক্তা সাংমো- নাপী চৈরৈ খোমাতোল অতোলপী থুরাং লাংমৈরেমপী মাচেম লেপপু লেপফংতরিপী সমলাং কোইককনানা থমচেং মাইকোই হেনকুমলিপী তাঙচা শমতোলপু হুচ পুকশিং হুইথাপালম হুরা থুরাংচেং নিংতূ য়ৈনা স র উফোং মৈপু থোককে তৌকুমলিপি হুরা তাওচিঙ হৈরাংচ ল শাকোক হৈরোনখোক পাখা নাওরা চেপরাই হৈ চকলৈ তুহুং লিরোল কৈপু ত'ওচিং মাহুঙ নাইনা হৈ নাওরা চৈরৈ নানমথাং কুহ্রাহুমতং মালপা ফিত্তোল চাংখ্রং পেত্রুক লানৌ ফিনা হুচা য়েংত্রৈ সেকা কাঙ ওইত্রৈ লেংতোল হাইকুপ সিনা তাওচিং হৈকললিপী লমলেল হুইপাতাক লৌ রুমকোলতা পালপারৈ তুপী খোইতৌরৈ শিংলেল থমপাল পোং- পোঙ লৈকুমলিপী মমোম থুরাং লাংমৈরেমপীপু পাওমেললিএ হে ইমোম থুরাং অহোংপা চাহুও ইতুরোই নাই নমাল মচা মীরম পাককী হনা! মীরাই তামাতাকী অঙাং নাপল মকাই কারকপা অসিপু ১০ চাক পিচখিসে শঙলৌ মথেলৈত য়েলাং মথল নাইনা শেমলকও হায়না পাওহেল খোলকী মমোম থুরাং লাংমৈরেমপীতি মোমহু নিঙ মরাং কাই হুচা পিচানিংপা মথোই তোং চাহলনিংপা মরাং কাইনা সেলপী মপুথম থোংনাং নাতি পালরোংপাতা ১০ লুকমাই হেল পারেল শারেল থাংচি লৈত্তোং হেল য়েলাং লুকোই মথেল তৈনা সালশেমলাপাকা থুরাং লাংমৈরেম- পীনা সেরি লাইচা ঈমাই চোলনাতি থুংথোংপুনা পিরামলা- পাকা মামাল য়াইপি রৈমা মাঙাং নিংথৌ চাহুনা শমলাং তোল- কা নাল য়াংলেল লাইনা শিংনা তারা থুংপুন পিমানা রানচেঙ

শোৌরাইম'পু মেলমা নারিঙৈ ইতু'রাইনাই চহুই অহোঙপা মপা-রিও নামাল ঐপু অব খোকাওকানো নোংপালনওনা অচাও লেপপু লেপকারা অশাং লমপু কংলপাতা ইনিংরোল পলেম নমা রাংকোল লাই হুরা অতেংপি বওমলাক হিমোম শাকা-পীনা মীরাই মসোক শোকপা পে:ল'ইমা ভাওভৌপা—কী মমোল লোলপু হোই'থরুপাতি হোইয়ারো হায়মা ভাইনোক নরাপাতা মতুরোইনাই নোংপাল নাহাকী ১০ চাক মরেমথাকতি মমেম খুরাং লাংমৈরেমপীতা পিচাখিএ খুরাং লাংমৈরেমপীনা মানেমমাচা মচা থংলেল অপোমচাক লোয়মপা চামল চুচিল চাক অপাম চেংলো শকপামচাক লোয়মপা মিংমৈ তাম্বালচাক মোমহু য়োইপুনাই খোইরুমচাকপু মুচা য়া'বা খোলনাইতানা তংচারৌএ হায়তা পা'রা হে লিক্লাইও ।।

য়িরাং শারোং তোংফাংতরিবী কেকে খুরাং লাংমৈরেমপিকা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা লুর'ং নেম নেমকাইপু মাতম লক-পাকা অপাম চেংলো শংপাম লাং মুংশি কোংগোই থুনা লাং মিংমৈ হায়কাপ মোমোল লাংনা থ মোম লাংকী লাংপু লৈচুনখিরে হায়তা-পারা অমু খুর'ং লাংমৈরেমপা শেললোয় মপাতাউ নোংপাল হাওর'ং লাংপা খে ই শিঙলেল লৈরোং অহোঙপাতি ময়িম কেকে মনিল নাই খুরাং মরাংহো তোমশোল লুরোইচিল খোইনৌ মাল্লাং মৈপু চেপ-থেংনা লাংমৈ পুঙলেলচিল ময়িম খুরাং অ'শেপা লিংপা চাইমাপা তংপা চাইমাপা চাইপা অশৈপা মুংকেম শাকাপানা খুরাং অহোং লোলপু শৈঁশকনা কেকে হাউতং পুঙতোইপানা তাখন লাখা পুঙতোঙয়ে কেকে শরা তাপিপু পুম্লাহো খুরাং শাপল লক-পাপু পুম্লাতিন চৈরৈ মকা ফোং মাললো মীমাংতাক লাংমৈ তুফাও চিলনা থুপাক তাপুংখু নোইনা ওমতওহো চকোই লেপ-লো শাপাপ নোংপ'নাংতা থানা মিংয়েং শামথৈরাপাকা নোংপাল

হায়া লাংপাখোইতি মপারি চহুই লৈরোং পামপাপু নোংপাল মাঙতা থানা য়াঙলৌ লমশাং ইল তুরেল খামপা লালনা নোংপাল ময়ীম নাক্তা মরাল র'ইথুংলরে হায়তাপারা হে লিক্লাইও।

লোইতাম কুমশিঙ য়াম লাংহৈ কুমওললবলাপাতা মমু মৈতিংঙু ল্যাইরেল নাও'থিংখোঙ নোংচুপ মঙাং ঙমপা মাঙাং কোনখু চা অতেংপাপু কাইনা হুল.পা শিংশৎ মৈয়োংপা থুতেং মাইথা তাউপা ব্রাংলুক খোঙায়পা চারা নেংতম হুলনারুক নানাইপা কোরি থারা চী থোংলেল লমপাউ ব্রাকসুঙ মচন লৈমা কাউ মনিং লৈমা সলনা চিংনা মাঙাং শিলসু রুকপা পারৌ থুপি লৌকুম লমপু লৌহলপি লৌতারাই লমতু থেংকোই লৌতা কারোং খাকচম য়াঙকাপানা ইতাইরেম লোয়ম লৈরোং অহোঙপা নোংপাল হরা লাংপা খোই অথৌপা থাইচারুপ হাউশি ঙমচিংপাও থাইচারুপ হাউশি ঙমকা চিংনা ইয়ু কৌপা লম মাথক অরাং নোংকাও চিঙলুথুম খোইনৌ নোংপাল চমু মতা ৬ মানা অরাং কোয়ৌ নোকা পলব মামাল মচা হাওকু তাউহুইরেং চহুই ওকরানপা ৬ মানা তেকপী লেংখোঙ পুনা তাললোই ফুতান পালম তুয়ো তুমে মৈপু ঙমরোনন' কুরাই ইতু রোকপু নাতৈনা মকু লৈথাপালা আইপি আইচেপ মনিল নাইপা হেমপা খুলচেঙ ৪ শুপ। লোইপী প.খঙ ফলপু ৮ শুনা য়াকাপা হেমপা মশাইকোলতা রাঙনপা লোইপি ময়িম নাক্তা থোই ব্রাংপানা লাইরেল কোয়ৌ নানোংথৌ ঐনা রা কোল লোইকারকও হায়পপু হোইয়াতরে মকু থাপলা মপুং তাক আইপি আইচেপ মরৈকাইনা পলথেঙলুও শাইপু মৈতানপক চংলম ফানশাঙ থুমনা লোইপি মরৈকাইনা পলথেংলুও হায়না থৌশিখোনকী কোপাচীংলেল য়ৌঙমকা লেকেখন মরোল য়ামপ পু শোঙকিতামা লোইপি আইচেপ ময়ীমনাক হেমপামাকু থাপল। মশাইকোলপু য়ৌরাপাতা লোয়ম লৈরোং

অহোংপা নোংপল হাৱা লাংপখোই খুরাই চরুপ হাউশি ঙমচিঙপানা হে লোইপি মকু থাপলা চিনকনপা য়াইপি য়াঙ-লেপ য়াশাপাশীংও লাইরেল মৈতিংঙু নাওথিংখোঙ মঙাং ঙমপানা লমলেল পুরুসি তাওরোই পাংলেল কোলতা লোইপী নপাচা হেমপা নায়েললু লোইপী চিঙশাং নিংথৌপা মিথুলচা অতেঙপাপু তাওরোই পংলেল কোলকী লাইচা ইরোলমুংতা কাপতুলৈথে য়েংনা নোংমলহলপা লাইরেল কোয়ৌ ইনোংথৌকী য়াংকোল লোইথৌপাপু লাকএ হেমপানাপল খোঙপু হাঙথোকলকও লোইপী নরৈকাই থাপলা মপুং তাককানে পোইরৈ লালপু মাপু কায়ক-লে হায়না পাউমেলপাপু মকু থাপলা মনিল নাইপানা লোইপী য়িখোইকী ইরম ইপল থোঙমুং হাংঙমলোইয়ে পোইরৈ লালপু মানা হেমপা ঐখোইপু কতৌরাকাপানো নারাল নখোয়তুম ওনতেখো নাচেঙ নাখোই তুম হলচথিও হায়না লোইপী কন-হৌনিকনা য়াকন ঙমলাপাকী হেমপা পলথোঙ হাংঙমতারাপাতা নোংপাল হাৱা লাংপাখোই লৈরোং অহোঙপাতি চৈরৈ ফিচোল চোন লৈনা থম মাললৌ লালতা ফিপূ থাহেন্না শিংলেল য়াইপল য়াই অমুপা চেংলৌশক উতাপা য়াইপু লৈরাং কোক্তা থেংনা শাইপা পলকা লিং কুরাও পলকা থোঙনা হেমপা পলমুং চঙলাপাকা লোইপী য়িমপুম খুতিংকী মারোং চুঙয়ামথোঙ তিমেল তাপুল লেংতা থোং লাইথাং হুইয়োম থাংপু পুমনা খোমনা হেমপা মকাইলম থেলপুঙ থকতা শিংপী ঙমচাও পৈকুম খোমথোকলুরাপাকা হে লোইপী মাকু থাপলা চিনকনপা য়াইপী আইচেপ য়াসাপাসিংও লাইরেল কেরো য়িংনোং থৌকী য়াংকোল লোইথৌ তালপা খুরাই লৌরুপ হলপা খোইনে হেমপা নঙখোইকী লোইহা পোংপু য়াংকোল লোইপোং সেমলারো হাইনা পাও-মেললাপাতা লোইপী মাকু থাপলা মনিল নাইপাতি পোইরৈ

য়াননালাশাকি লোইপি হাঁমসিরাপাকি মাকুথাপল মনিল নাইনা য়াইপী লাচেন মারাং হৌপতি ভিমেল মাখুংগুপাপু লৈতারাপাকি কাওতেম কৈনা লং থৌতু মুংয়াম হুলনা তানশিল্লকপাপু পোটৈরৈ মানিলনাই রাংভম মারাং হৌপা পুমনমাতি লোইপি তিমেল মাখুংসু অয়ামপানা লোংলোল য়ীহৈ থাকুম কেনচিলখিরাপাকি হেমপা মিপুমমাপু হাংভানা লোইপী মাখোইকি শলথৈরোকতা উপী থারোল পৈকুন হেমপা লালয়াম তুরাপাতা লোইপী মাপাংলালপাংপা হেমপা মাসেন লালনেকপা পুমনা হৌনা লোইপি হাওয়াম চেং তিমেল ভানোই চেংকুম লাইথাং হুইয়োন চোংনা লোইপী ভায়িন ভককুম তকশিললকলাপাকি খুরাই থাইচারুকতি থোংারুকপু লালনেকতা কোংচারুপনা লালপাংতারাপাকি খুরাই থাইচারুপতি পোইরৈ লোংনা হলনা থাইচারুপনিংনা তোক তৌকুমলাপাতা লোইয়ম লৈরোং অহোঙপা ভলপা মিকনখাই কৈরা তানচাওপা সামুলোংকনবা খুরাই খইচারুপকী হাউসি ভমচিংপ নোংপাল হাউরা লাংপাখোই অথৌপানা য়িরাই খুরাই হাউনুতেং আতেং মিকন খইও নাশাপিনাপু ভাইপা ঐতি তুপী মরুথাক খুনচামল হৈরং মতং থাক চাচমল লাইরেল রাঙরা লিখাও মারি খুনচামল তুপী মথোচাল থোচাল মারোকনানাপাকী শানারিক লিকতোমপাপু তালফংলাপ নে তলপলপা ঐপু লাফম ইমাই ওল্লরোই নাতৈলৈমা পলেম ইমা শকলপী ১০ চাকইমপাতা মুংওন খোইপু কাইরিপী মুংগী ঐকী হিথাংকমপু ওইরিপী রাংকোল লাইমুরা অতেংপিতা চৈরৈ ঐকী লালতাকি নিংথিপা রাইরা শাতাকি অচেংপা অসিপু রাইথুংপিরুও নোংপাল ঐকি ইপারি লৈরোই য়িমতা লৈরৌপা খুরাই কাও মচাকুম সলতুংইল রাংথৈ কাউ মচাকুম লিহেপ ভমকুমলকলিপা অচাও লেপপু লেপফাংতা অশাংলমপু ফাকাপারা

ফাত্রিবা অতুপু পারি লাংকোল ওমলমতারে থাপ ইনুংচং সানারিক লিকতোম লমঙলপা। অসিকা লাংমৈ য়িরু থেংকা ২মা অসিপু নপল মেলনোং মথুংতোলনে লুরাং ইপারি চাওত্রিপাতা চহুই লৈরোং পামপা শিংলেল ইতুং লৈকুলৈপাতা রাইথুংলুও হায়না পাউমেনলমলাপাকা। লৈরোংচমাকাপপা। নোংপাল হরা লাংবা খোই ওটোলৈপাতি সায়েং পালকা তিং ফৈরা তানপুম খিং য়ালেল খোওচিচিক ওলপা। চুপপুখোই লুরাং লাইপু লাংনা তিমেল মথুংসুপু থুংপক তিললাই মেলনা হেমপা মাইয়োকনা লোইপি লালফন মাংতা খিংলেল লাইচা ইংখও থুংকুম থাওলাপকী পেরৈ লালনি পুমনানকপু অখৌ লংকোং থোকলাপা ঐনে লাইরেল মৈতিংঙকী মাতাইরেম নোংপাল হার লাংপখোইনে লোইপ অখৌপ। হেমপা লমকেংপ কয়ানালামপু লৈরিপানো নোংপাল মাংতা চোংথোকলাবও হায়না পাউখৌরাদাতা লোইপৌ হাও পাখং মঙাওংনা নোংপাল মংতা লেপনা তিমেল নমহুললারাপাপু নোংপাল চুংলেল মনন য়াওন। তিমেন তাচিন ৫ মাকপু থংতোকলাপাকা হেমপা লালপুও ৫ মাকপু মালেম লৈতা নমনা থিলথুলাপাকা হেমপা তাচা লুরেল তোলপু ফর্কালৈওকা তিমেন তায়াম হুলচিললকল পকী নোংপাল হরা লাংপা লোইতি উলপি থঙুং থিংনা চৈপলপাকী হুইয়েল লালপুম ৫ মকী হেমপা থকতা থোংনা নোংমনরোরে হায়তাপারা হে লিক্লাইও নোংপাল তাওচা লুরেলতোলতি লোইখেং কনয়াং নাহৈনারোরে নোংপাল শারি লেংলোই তোলতি শিঙলেল য়াইপল য়াইনা শোবলামলাপাকী তিংনৌ য়াংলী ওংকাপারা তংপিতা খেইরা লোঙচুমনানা মকেং হাথাকাপারা হাথাত পুরেল মপানফা লাংয়েলনা মাকাচাউনা তিংকোই পুমথাংলোনকাপারা লোনতানা লোইপি হাউরৈ ফোলাংলৈপু ওইনা শালওলখিএ হায়তাপারা, নোপাল থরাই মমিরেলতি

কোরৌ নোংথোং হাঙনা শচিক মতুং ইল থাপা মমৈ রাইনা তোংলেঙ লাপনা পালখিরে হায়তাপারা হে লিক্লাইও ।।

পোংইরৈ লালমি অয়ামপাতি লালফম নিঙনা ঙেনা হল-রাইরকপা মালে ই হাউমুংতং অতেং নিকনা থাইনা নোংপাল মরিম নাকতা রাইথুলার পাক লৈরোং চঙকী হলচাপী নোংপাল লোললেম য়িংকোইপী রাঙকোল লাইমুরা নিংথিপিকি ফৈরা মঙমপাকতা মথংলেল নোংপাল হাউরা লাংপা থোইকি চৈরৈ লালতাফি থাপা মমুংচং লানৈপুঙলেল মরু থেংপু রাইভুংহল-লাপাকা মথংলেল নোংপাল লৈরোং অহোঙপাকী কোললোই মতিন মেল মুংগুলপা মুংশি কোংকোই মরারেপ ঙনথোকপা লালফম মাংতালেপনা নোংমল রাপু পাওতমলপাতা নোংপান ঙাললোই মকমপি মৈদিংগু রাংলৌ কৈকাবা চমু রাংকোল লাইমুরা থালৈ লোরাংখোমাপত তয়ুম করি রানো মমালমচা কী চৈরৈ লালতাফিপু থাতা কেল সমু খোঙপু খিম মুংশি হেকতাই মাপাও চাংনা মিংপালইতং মপার চহুই লৈরোং পামপমুং মপল পলথো নিংথৌকী লাংমৈ মরু থেংপু য়েংতা পাই মপল সনারিক লিকলাং মমুং চঙপু শামু ঙইতা পাই মাপল থারাই লাইপল পোংপু থৌনা ঙেংখা পলথৌপা কৌনা ঙমাঙ রাইপুঙ থকতা মিরপলে হাইঙাপারা, খুরাই থাইচরুপ লালফম হলরাইরকপশিনা পোংইরৈ মারাল রাইথুংলার পাকা লাইরেল কোরৌ য়িনোংথোঙ নাতাইরেম য়ামমাপা নোংপাল হাঙরা লাংপাথোই খুরাই থাচারুপ হাওসি ঙমচিংপাতি তুপী-নারুথাক খুনচামলককী লাইরেল রাইরা লিখাও নারুথাক খুন-চামলকিপু থুকলু তালপুম তেক নাতোন কুরোল হু লাইপক খেললাই কাইনা লোইপী মাকু থাপালা মারাল থাঙত ঙানথোঙ লপাই চেননা লালসমহারীরে হাইনা হুয়েল লালপাও তম-

লাপ্‌কা লাইরেল মৈতিংগুনা তকলৌ শিতং শোলনা মাতাই-রেমকি মিংলেল সিজানাপা। হাইপোক থোলকা সা লমচেং লৈবা থেংনা ললংলাইকিপু চুনাপানে লালগোই হিরেনকি হিরেল কাইসাকিপু নিঙথিপানে লাইলোই তোংকাচিঙাঙনা চলপিথিরে হাইতাপারা ॥

নায়ু মৈতিংগু থমলাং অতোলপা লমলোল য়াংলৌ লৌ-চিনপাল হাওকপ সাতা কৈরাং লনতা লমলৈ তেকঙা চামপাকি তেকপী শু লেল পলথাম্ব তা সকঘূপলাপা সমাজাইরেম হাঙচা পুংমাই য়িরাং মাইরং হংতো হালকেমাইথিনপাপু পামপা চিল-কোই চলনা কৈরেল থাকুপঙ্গাতা নোংহামলপপু নোংথোল তেংমাই থিলপা নোংপাল লুংকাং পামপানা পামপা পৌনম থোই কৈরেল হিংকোইনানা হুইতারোল তেংমাই থিনপাকী লৈকাই পুচারুক্ষ লাংপল অরোল লূককুমপাপু লালশিং তালকে হাইনা য়াংলৌ চিনপালকা পনপা পলকোই চলল পাপু লাইরেল থংচিঙ মাথোঙলাঙনা নমনা থারৌএ তত নোংকিপু য়া লৌ কৈ ফাপাও তৌনা কৌএ মৈতিংগু য়া লৌ কৈ কাপা চাঙ চৈরৈ লাইঙ্গরা উমতু রাওতুরম সমপুম ঙারম লাল পুরোন তাশুপা কৈফেং চুঙসেনপা হশম্রক বৈকপা হুপলেন তাইকাংপা কোনলান তানপ রৌ তাসেনাপী থালৈ লৌরাং খেমপী রাংঙম থায়াথমলোং হাইজোইরপীনা। নোংপাল লাপারি লোকলৌ তাপোপ কাইকুম পাখঙ নেম নেম মাকারকপা। নোংপাল চহুই লৈরোং পামপানা মাপল য়িমলেল আচাওপাপু য়িমলেল সাইকঙ কোপংরা নোংলৈবু মানলং নোংসিং লাং কাংখা নৌথিহৌ মিরাং মৈথুহু নোংপা য়িমলেল শুচানম শুমাঙ তিংকোইপোক লাইরা তোলজা থমথু অয়েং চেং চৈরৈ অয়িল তম মালংলৌ অসেং রাং য়াইথোঙ লৈনা

গুরোল তাককুম কোরো থোংনা য়েং বাঙপল পাংনা য়ে না মুংশি য়াঙরা খোনথংনা বুংগুম কৈরৈ ফিপ লকুম খুয়া থৌপী মর কচ ম খুংফাং লোলচা মরোলছু লোইংগাম কুমচা মারোল য়াম কোরো নোংপূম মশিঙ থিঙমতনা মপারি চছুই লৈরোং পামপপু কৈরৈ অসেং বাংহলতা মাললৌ অয়িল তাংহলতনা নাওয়াকপপু অচাও লেপফারা সাংগু লেপগুমলকপকি সেনলোই মিতুংইন পোইরৈ মাঙতা চং লৈগাই য়ুকরোই থাংচেং পোঙপৈলকতা খুরাই কাঙকুম লিকা হেপ বুংথৈ কাঙথুম কোলকা তৈনা পথৌ মামানলপাঙা পাথঙ হেপনিঙ লনসাং তোংনা অচাও লেপফারকলাপাতা মাপল সালতাকনারোতা পলেম সালফোংতানা খুরাং লাংমৈরেমপী ময়য়ৈ কারুইকৌ চেঙলৌ সককোই য়েঙনা অপাম পুক্লিং ছু মিংচ খোইকুম ঙাইনোকনা মুশি সমন চুংচিল লৈপু থাপা বুইরৌঙমতানা পমু মুংশি মুঙরেন থোই-রকপতা পললেম মমা কৈরৈ লাইমুরা বুংগুম কৌরাংখেমপীনা মাপল লেপনৌ সিলনাপা খুরাই লমথক কোই বুথৈ লমকা কোই য়াইগা খুল চামু নাকৌপী খুরাই চামু সাক্লেনপীপু তানলোই হোইথিলুপাতে হোইয়াতাখিএ হাইতপারা, লমলেল লাঙচিঙ খেলসাং চিঙপু হোঙ লেনপ চামু পালেম মমা সল-থোঙ মপু নিংথৌ চামু য়াইপী লৈনা প ইমা সানা জিলক্লোইকি খুরাং লাংমৈরেমপীগুঙ মাচেম লেপপু ফংলক মানিং লেপপু লেপফালাপী পাংসোই থমপাল লৈঙাংলৈ সিঙলেল পোমপোং লৈ লৈরাং লৈখোক নোপনা পালপা লৈকুম নিঙথিরিপী অক্লেন মিংতুরা নোং মাতোল লাইমুরা কুমপী লাংচেং মাঙ সাংমারোই পূচেঙ মাং পোম্মারোই কেকে সরা তোংপী পুমনা মরক্কি সিঙলেল কোতোম মাপাল-কুমপী নিংথিবিনা নোংপাল চছুই লৈরোং পামপকী পিশুর্ম পাফোই

লিরুং ওই অপাম মোনমোন লিরিনা মিংমৈ তোরাল চোই-সাতেল সিঙলেন লৈকি তেলপুম ৫ মানা নুচা খোইচি মুং য়াফম মালচা অপাম রাইথু ফমতা তেনচৈ নোপনা পাল্লপকি মুচা মতোম সংকে সংঙমতনা অপাম মুংশি খোইপু হোংনা নোংথোইরিপী কেকে খুরাং লংনৈরেমপী লমাচা অপাম চিংৌ লাংপু পলথৌ মপা কনাপু সালতাকতা পল্লম সাজফোংজলা মাতু কনানা রা-খংতপকি ফালতেক সেনাল ভাইপনা হৈরাং খুতোল পুনা মুমাং ছুরোং খিকে হাইচপপু হোইয়াতে থাংজা কমপোং উরোক উঁস ন রাংলৈ খাংতং মোমপু নাকতা য়েপনা য়িমচিন কাবফৈ থাকে হাইপগুম হোইয়াতে রাংগুম খোইমুচা পাখত্ত অয়ামপা-শিংকি কৈরাং লুথোং পুনা পাচা নানমকে সেনফু থৌথিংকে হাইপমুত্ত হোইয়াতপপু য়ামমললরপকি মপল পলথৌ নিংথৌ অমু খুরাং লাংনৈরেমপনা পাওমেল্লবএ ।।

হৈ ইমোম পেম্মা ও মোমগু ননিঙ তমনা মুচানা পাম-খলচরো হায়না কারৈ তোমথা য়েনকুম থাথোকলপী নোংপাল চহুই লৈরোং পামপবু খোয়েল্ল মংলাংচানতা খঙলেন নাক্তা থানা মুংসি লিয়েংনাপপু কেরৌ নোংপুমমপু হাঙতপা মাথলেন নোপাল লুরাং নাহা চহুই লৈরেংপামপা পুমুং চংপী লায়োল খোবকুম নিঙথিপা নরা পাখং লাঙচেং মকালকপগা অনিমক্কী ভাল্লোই অপাম তিলনারা থংলেন মুংশি লিয়েং রাইথুংরাপু হায়া লাউনা সৈথিলকে। হে লিকলাইও ।।

নায়ু মৈতিংঙু আতোল য়োইরেলপনা হয়েং কোরৌ মুমিত্তি য়ামলা য়িতম সানঙৈতা পোইরৈ হলমু হলপা রাংঙম মাপা মাচা নাইমু থাকফরোই হায়না লৈকাই খুলথোঙ ৪ মাপু খুল্লক পাওকা চেলহল্লপাকি নোংপাল চহুই লৈরোং পামপপু লৈ-

কাইসিংতা চল্লপকি পল্লেম মমা চৈরৈ লাইফুরা য়াংঙম লৈক
হিমোম সাক্কাপিনা ( ১০ ) তরা চায়োম লাক য়াংনৈ খোমহাল
সেমনা অহিং খোমলেল তুমকনথিলাতা মাপারি চহুই লৈরোং
পামপাকী অহিং খোম্লেল মঙলাংচালতা মসানৌ থুরাং লাং-
মৈরেমপী সাপল্ল তায়াল হৈকুম মোইকাই হৈঙংননা চেংলৌ
সকথোং য়ৈঙাং হৌমাময়াই মানপল লৈকুম নিঙথিপীমা তারা
চায়োম লূতা খোঙ চৈরৈ নমথাংকি কুপনা তরা চায়োম খিল-
লকপবু লয়েল হুইত্রাউপী লম্মাহলতা তরা চায়োম পিরংপা
মুচা থুংতাং পিতম তৈনা সাপী য়িংপুংঙো মালচা য়িনেম মাচা
পাম্মুপা নঙনা য়ামলা য়িতম সাতালপাপু নয়াল নঙপু য়াংনা হুলয়াই-
লকও হাইয়মপাপু খোমলেল মঙথৈনারকলপকি নোংপাল চহুই
লৈরোং পামপাত্তি মনেম মাচা থুরাং লাংমৈরেমপীপু মুংসি খোইপু
হোৎ তকলৌ সিতং সোলনা পল্লেম মামা পোকমপীতা চিনকোই
পাঙমেলখিয়ে হে য়িপল পল্লেম য়িমাও নপা'র ঐকি খোম্লেল
য়িমংচালতা হাওরৈ নোংচুপ্প পাংপারমাক লোইতাম থাচা পা-
থঙপানা থাতা মাসা পালনা পাইরকপবু মোংপা য়িখোয়কি
য়িমলেল কায়েল নুংতা পাইসিলরকপবু উরমলুইএ হাইনা খোম্লল
মঙলিনাপপু পল্লেম মমা পোকমাপী চৈরৈ লাইফুমানা পাবি লৈরাং
অতোনপও খোমলেল নঙকি মঙলানচল অসিতি রাইরা সাতা
অরাপম্মঙ সাগ্গরা হুয়েল লালতা তারপত্তি লাল পাথংপু কাইঙনে
নোংপাল সাপী সানৌ ঙাইতা মুঙ সেললোই নপাতাও লক-
তাম্মুঙ খোমলেল মঙলিখোককানো য়াঙরৌ মানা খোঙসালপ-
কুম ঙলনা সানখোকও হাইনা পাতাকখোলকিপু হয়াও মাথোই
তোংনা অসি খোমলেল ঐকি মঙথৈনাপা রা অসিপু মিংয়েং
সালথৈরুখিকে হায়না লৈকাই মাপাল সাংকি সেললোই মপা-
তাওপু য়াহৌতা পাখৌ মরুপমপু থংহলতনা রাইরা সাতাকি

ছুয়েল লাংতা কি নিংথিপপু শেংনা হিলমেল থুংতা পাই চুঙলোং ওকত হুকনা তুরেল খংমপা লান পাথৌ সেনখোই পাওমেলননা চাঙখে ও লৈকাই ফৈনা তুপ কাইপী লৈকাই থুলয়া হেপ লম-ৈংচা ত্তি অরৈপা পল্লং খোংপু লালনা লুমলেল সোইঙাঙ হামাখি লোথোংপাক থোংপাক মুরাপী পাখঙ হুইয়া চিংকারম মুরা লাং-লেল কোংরা পুরমপু থোংলেন পামপাই লাল্লকপতা পোইরৈ লুপ-লেন তরুকমংস্নুং লুপলেন মনিল নাইনা অতোম য়োইরেমপ-স্নুং মতাইবেম থোংতু রাইরোকপা মাথিং খাংখাপা পাংয়াই চানমপ তুয়াং হিনামপা মাবিমাপু ঙাইরোইনানা রাইরা সাজা খিরে নাইতপরা ॥

নোংপল লুরাং নহা চহুই লৈরোং পামপতি ছুমিং নিংথৌ চনু থৌতু লোকলাং লৈমা থিঙলেল খাপালপীপু পুরুমলাপকা মতু কোলকা তুরাঙ তোলকা থাংচি খিকথোংপা সারেল য়াইরু নমপনা কোইপারম সায়ানপন মাখাপু নাতৈননা লুরাং খাপুঙ য়ুমোইচামপা তুতৌরাই রংথোলপ সাকৎলমপু ঙমলোলনানা তাবালেল নোংথিল য়াইপু নতৈনা হুইত্রৌপী লম্মাংহলপু য়োৌরপতা খোমলেল মঙলাংচালকি মানেম মুচা লুরাং লাংমাই-রেমপীপু লমওকনকপরা হাইনা ঙাইখমলিতৈ মনেম মচা খুরাং লাংথৈরেমপীস্নুং য়িমুং সোইমকি খোমলেন মঙলাংচানতা মমাল মচা চহুই লৈরোং পামপপু মুরা মাকি মাঙসোক ফমলাংচানতা মুরা পামপোম ঙাইখাংমনা য়াতানপকী মুংশি য়রা খোলথংনা মপাল থোকলেল নাপৌসৎ চারা মথোঙ লৈনা হাংনা মাপল লৈরাই মাকুম লমপু য়োৌরপকা মোমনু য়াওয়া সিলথোংখা তারেং খোংফাং নামুংনাও নশাপী ঐতি য়ংমলা মীতম সাতালম্লুঙনে হাইনা পাওমেললমপাপু খোমলেল মঙথৈনায়রুপকী মুচা তক-

লৌ সিতং সোলনা তাইপং মানলং পালপু ওইরপরা হাইনা মাখোল লোলকপনারকপপু পনলেম মমা য়াইপিরৈমনা নাতারপকী চৈরৈ কাওখল মতাই কাও মামোমকি থাপা নালিকফম কাংথোল থক্তা ফমনা হে য়িমোম য়িপেমমা নিওখিপিও নংনা খোমলেল মংকপনারকপপু করি রানো হাইনা য়াহৌথোকপপু পললেম য়িমা পোকমাপিও নামোম ঐকী খোমলেল মংলাল চালতা হিতেল য়িখোয়কী য়িতারম লাইচা য়িরাইফমতা চৈরৈ ফিস্নুলিংওৈতা য়োইমায়াই লাইরেল তাওতলপপু সামু থুংনা খামনা নামোম ঐকী থাতা পমলপকা মোমনু ঐকী মুরা মাংসোক ফমলাংচাল অসিতা চৈরৈ থৈগুপনুংতা রারিথানা য়ীপল কাওরেল নাশলচা মালপী ওারা পুওচোংপকি কাওরেল সলয়াংথক্তা তোংলপকা মুমিৎ তুংতা লেমনা হাওরৈ নোংপোকলা পাংপরম নরাল য়ীমথিওৈনে হাইনা চৎখিপ: মওপু ম লারকএ অস্নুম পাওমেল্লপতা পললেম মমা য়াইপিরৈমানা য়িমোম নওকী খোমলেল মওলাংচাল অসিদি লাইরেল মৈতিংও কাইনৌ য়িরেংপা মমোম তমফা রাংওমলোন লাইসরা ওকয়ামপী মপারী নোংয়াই থোংপু হুলপকি খোমলেল মংলাংচালকুমপপু ওইলে খুরাং নাতারুপ কেকে নাচেম ওাইপাতা খোমলেল মও লিথোকনো হাইনা পাওমেন্নরপকা য়োইময়াই তাউতনপতি কোংয়াং সনা রাইরকলপতা কেকে খুরাং লাংমৈরেমপীতী মালচা খোমলেল রাকাওতা মুচা লমতম লাপনা রেংলকপনা চৈরৈ য়িরাই ফিস্নুসিলওৈ মমান মচা চস্নুই লৈরোং পামপাস্নুং খোমলেন ঐকি মওলাংচাল অসিপু সারি রাপু ওইরে য়িমাল মচা খুরাং লাংমৈরেমপাকি মলাইকোলপু য়োরক্লে মুংশি সামল কোকনাপা মীলমপকি নহানা য়ীমচিন কাককৈ থাপা মীরাই তমকী রীস্নুং য়ীমাননপানা মুমাং

উরোং খিললাপা মুচা মনিঙনা মোমন্নু মানা মপামপপু লৈর-পকী য়ীমাল খুৱাং লা মৈরেমপা মৱাল য়ীমপু চঙনা মুচা পুক্রিং মতারমপু খ তেংলাকে মুচা মানিংনপু লৈঙমলপতি মু ওন পুক-হুপীকীতমক মুংসি তঙতু য় লৈ চনকুমলিপা ঐ অল্লা হুইরাং সোনপপু কোহককে হ য়না তিনেল তাথোম সং লালতা চৈরৈ মফিসেং লমঙ লপপু খে ইমা নারোলমু তা লোংলমমলপকা নমপা চৈরৈ অসিল সেং চুইথৌ হপা সাওৱননা খুতৈ সানা লিরৌ য়োং খোকলাং লেনা থোনা কাপ্ৰেল সলথিপপু সনা মুৱা লোককোলকি চেনথয়ী লাহরেল ঙাঙোই য়োইমোংপনা য়ুম-নাও পুমনা চেল য়েলনৌ পুমনা খোমনা থৌনাঙৈ উমু লাই-তোংপা পোলপী সোঙঙাইরপা পোলপ ঐতি চেক্লা অরুম হৌঐ হাইনা পেলপী নাহেননা চেক্লা সালথুপখোঙকি খোলেম লাইচা য়ীপাল চং তাখোঙ খোকলাং লেংতা থোং তঙতা মাসম লেংপাক য়ৈ পোলপী কাকলেন সওন্না তেরা লমলাই ঙানপা চেককুম লাকলপপু খুৱাং লাংমৈরেমপীনা মিংয়েং সানখৈ ঙম-লপকি চৈরৈ যিস্নু তোকনা মুৱা নিঙতোল থক থক হৌ মিংকোই লাইচা য়ীফম তাওনা মিংয়েং সানখৈ ঙমপপু মমাল মচা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা পাখং উরাংমৈ থাংনৌপা লেপতম চোংকুম পুন্নুঙ লেমপ্রা ফৈ তানা চংপী লায়োল খোককুম নিঙথিপাম্নং খোমলেল মঙলালচানকি মানেম মাচা খুৱাং লাংমৈরেমপীকী চেংলৌ সকপালখোঙপু উরপকা মমাল খুৱাং লাংমৈরেমপাময়ুম নাকপু হংকে হংঙমতা মুচা মল্লা তাকে তাঙমতা মানেম মাচা খুৱাং লাংমৈরেমপীকী চেংলৌ মাসক য়েংনা মিংকোই লাইচা য়ীফমতাওনা মীকপনারাপতা মারুম খুৱাং লাংমৈরেমপীনা নোং পাল নংনা য়ীপল মাকাই কারককৈতা পাখঙ নেমনেম মাকারকপু

মোমন্থু ঐস্থং মুরা লাংচেং য়ৌত্তমলনহৈৈকী মাখৈপু অপাম চেংলো ঙককোইলাং নামু থুনা কোংকোই লাংনা লাংথুসাপী লুরাং নংকী মিংচি মোনমোল খোইরুম তেলনা মোমন্থু ঐক খোইচি মুঙ য়াফনতম তেলপাললপপূ মুচ য়ৌতোম সংকে সং-ঙমতরিপীনে কোরৌ নোংপুমমাকি তামকপু পানা লমলাল চদনা সিঙলেল লৈরাংমাপু থাইনা চিলতরিপীনে হায়না মুচা খুংতাং পিকম তৈনা য়াথং হিক হিক হাইনা য়ওরা মথোল-সেলপু নোংয়াই কাংপা খোলতনাকুম পাঙমল্লকএ সাপী য়ৌপুংত্তো মালচা ইনেমমচা নিঙথিপা নঙপু লাইচা থুনা য়িরল্লকও হায়না পাওমেল্লপকি মমাল মচা চহুই লৈরোং পামপগুং মু শি পাওমেল ঙমক্তনা লৈরাই চাংচৌ থককি লাইচা য়ৌরালক্লপতা মমাল মচাপু মাপল লৈরাই থাকি পাংেল উখোংখা তল্লা উরুমথাদা মনেম মচা থুরাং লাং মৈরেমপীনা মমাল মচা নোংপাল লুরাং নঙাকি খুংচেঙ হংচি পাইনা পিরেম চাইচি য়ঁহৈ থাকুম মীকপংরে মমাল মচা চহুই লৈরোং পামপনা য়োইপু ঙকথি লুমলাংকোল চিল সানা থমপল মাইয়োকননা চুপলো তাইকা মেল মুগা থাপাক্ষ ঙানফমলেন তাঙচং হৈরাং তলকুমপপু মালচা খুংঙম থল্লপৌ তাকোং চিঙলাই ঙালনা লৈপু অঙোপা কাংলোল লৈ-থাইনা চাকলৈ তুমুং সিরোললৈ লাইচা তোমসাংপা লৈ লোকলো লিকলা য়ৌপুরৈপু ফেনচি ওংলৈ চিনওকননা সিঙলেল লৈত্রঁনা লোইয়মপপু পুকনিং রাইথু লৈ মুচা পুকনিং পেম্নলৈপু সিঙলেল লৈচিলনরপকা মরুমপী কেকে থুরাং লাংমৈরেমপীনা য়ৌপল মরাল য়াই য়ৌতু মাসাইগোল মোংপা য়ৌমলেল মুংপু চঙলসে হায়না পাওমেলপাপু মমাল মচা চহুই লৈরোং পামপনা য়িকাই খোই-রুম রাকুম তোৌরপতা মারুম থুরাং লাংমৈরেমপীনা য়ৌতা কনাকি

থংলেল মাপু তাংচতে খোনৌ কনাকি মথংলেল ওইনতে কেকে খুরাং পুমনা মুপনা য়ীতোম সানখিরিবৈতেনে মঁয়াম মাতুং খোক-পতা য়ঁরাল য়ীংখাইকী লোলয়ীম ফীমপু চঙলসে হায়না য়া-হৌচিললকলপতা চৈরে মাকী লালতা ফী তিলমেল মখুৎমুকা অনিমপু খো'মা নারোল মুংকি নোংপল চেনব্লাইনরুরপকা চৈরৈমাকী লালতা ফিতি ৎরাং লাইরেমপীনা তাংচা লুতা খোং তিলমেল মখুৎমুনা মপল খরাই লৈপল খোংপু লৈচিল্লক লপতা পল্লৌ মুমাম মখৌপোমপু য়োরপতা মমাল খুরাং লাংমৈ-রেমপতি মাঙ্গোল খেনচৎ মনুংলাংকী ফালচাও মোলতেকথক্তা চিংলুম লুমলাংচালনা মচোমরুমফম ঙমপপু ইকাই মুংশি মুং-ওলনরপকী শক্লোই তুতুপ মুতা লৈরপতা খুরাং লাংমৈরেমপিনা ইপলপু করিকি ইকাইরুপনো খোইরুম ভাইনোকনরিবৈতা পলেম মমা পোকমপি শলখোং পুনেমপা চনু য়াইপি রৈমনা মিৎয়েং সানথৈরপকী মমোম খুরাং লংমৈরেম্পীকী মতৌ ওল্লোকপপু উরপতা চিনকোই পাউহংলকএ হে ইমোম পেন্মা নিংথিপিও নপল শক্লোই তুথুপ মুংদপু করি ওইববু লৈপনো হাইনা পাওহুংলকপপু মমোম লাংমৈরেমপীনা শমু খুংপু হৎনা পাওকৌথোকলপকি নরা মতৌ মরোংমকপু য়েংনা হে ইমেম চৈরৈ খেমতেল অতোমপী ইমোম লাংমৈরেমপীও মীরমপা কতাইরমকি নহা মীরাইতম কতাই রমকি অঙাংনো হায়না পাউহংপপু মুজা খুৎতোল লৈকাথেক ইকাই খোইরুম মোমোল নোকনা লৈরোং চমকী নহা ইপল পলথৌ নিংথৌনা লাংচিং খেলাংচিংপু হোংনেমুবৈতা ইপল নরাল য়িমকারকপা আতুনে হায়না পাউতাকপতা পলেম মমা য়াইপি-রৈমতি ঈরেল লাইচা ঈতিং পোককুমু পোকথোকলুরপকি মোমনু থিকলেল থাপু য়েনা ইতুরোইনাই নিংথিপাও নমাল পলেম

শিলপি ঐনা সুপাল নংকী চেংলৌ শকপাল লৈংপু করম শক-খঙতপনো হায়না শম্নাং তোলকা নাল য়াংলেল লৈংশিংনা নোংপাল নপা লাই খুরাং নপু লাইনা করম্না পুশিল্লকপনো হায়না খুংফাং মালেমলৈতা লৈনা মুশি থম্মোই বাইনা মী-কপনরপকা মতুরোইনাই চহুই লৈরোং পাম্পপু শমু য়েংতা পাই মমোম লাইৈরেমপীপু শমু ওইতা পাইনা মপল খুরাং মনিংথৌকী শমু মংডা মালেম লৈতা তুনা পুরুন হল্লপতা কেকে খুরাং ইনিংথৌও শেলোই নংগী নাপাতাউ লোইনা অপামপা অয়োক ঙলনা কংলা থৌকাপপু বামলনাপা মুমিতাং কংলা থৌকুমপপু কুম্মলনপা নপাদৌ ইতু নিংথৌ লৈরেংচম পিপা খুরাই থাই চরুপ লৌরুপহলপা লৈরেং অহেংপকি মপারি ইতুনিংথৌ মাঙতা চংনা নরাল লৈকারকউ নমোম লাংমৈরেমপীকা চেংলৌ শকপামনখিপপু মপল কনা শালতাকতা পলেম কনা শালফোং পিতরপপু নোংপাল মপু লাই লুরাং মপা ল.ই খুরাংপোকলে অচিপনা পুশিলপিরকপা ওইরে হায়না পাউতাকলপতা খুরাং লাংমৈরেমপনা চহুই লৈরোং পাম্পপু চেংলৌ শককোই চিংনা য়েং শেল্লোই ইপা তাউ পাথৌ ঐকা লাইরা কন য়ুপাহলমা-নপা উংখা রাইখা নেংপপু নেংমানারকপা স্নমাং খেলথৌ শাপপু শামানপা থৌথাপপু থামালানা ফমফম মানরম্পতকি কোরৌ নোংকা য়াংখিরাপকী তলপা মাইতেং থোকপতা লোলয়িম নাকপু চংলুতে চেংচা ঙমলুমলুতে হায়না কোরৌ থোংনা য়েং রাংপল-পাংনা য়েংনা ইমাল লোলয়িম য়াইতা পাথৌ ইকাই কারকপতি শেল্লোই নপাতাও ঐতি হলপা ইরেং চলনা কুরাং উলশা নোপ য়াংলেল লৈকা ওন কপ্লাক ইথৌশা খুরাং পলহাইনা কোরৌ পালপৈ নিকনা মিংলৈ কুরু স্নুং লাইরেল হাইচুম শাংমেল্লে

হ'য়না শে.ল্লাই মপাত্তাউ লৈরোং অহোংপপু মুংশিরুরাপকী ফালচাও মোলতেক থৰ্ক লৈরোং পামপা ঙকথি লুমলাং কোলনা মিকপ মানারে হাইতপরা হে লিক্লাইও অমুম মিকপ মানরুপকা মমাল অমু খুৱাং লাংমৈরেমপনা পলেম মমা ৱাংকোল লাইমুরা অতেংপিপু করম য়াংকোইক্লিপনো হাইনা পাওহংপপু হোইতা ইমাল নিংথৌও পলেম ইমা পোকমাপিতি অহল মতম ওইনা মাললৈ চিং ওল্লপকি হকশাং পাঙল ময়েং তাশিল্লকলপকী চৈরৈ অয়িকতাম মাললো অশেং ৱাংনা য়াংকোইরিএ হায়না পাউ-থুমলপতা মমাল খুৱাং লাংমৈরেমপনা মতাইরেম লমফেল হাও-রোং হলপপু পাউকৌরুও হাইনা থৌসি খোলকি মতাইরেম লমফেল হাউরোংহলপনা নোংপাল লৈরোং অহোংপা ময়িম নাকপু চঙনা হে তমপা ৱাঙমলোন লাইরেল মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাপনা য়িহুল ফা পলেম নমা খোঙলৈমা লিকশিমু পাইমা সনা লিলকোইকী চৈরৈ লাইমুরা ৱাঙম লাক হিমোম শাফাপি থল্লে লৌরোং খোমপিও নাতাইরেম এপু নতুনিংথৌ কেকে অমু খুৱাং লাংমৈরেমপা অহল মতম ওই মাললৈ চিংওনলাপানা তমপা সনা নখোঙথাতা থৌশিরকএ নোংপাল নপারি মাকলৌ-রেম পাখং উরাংমৈ নহা খাঙনৌপা পাংয়াই থম্বাল লৈকুম নিংথিপা চহুই লৈরোং পামপপু ইমোম চৈরৈ খোমতোম অতোমপী খুৱাং লাংমৈরেমপীত' কেকে তেংনা য়িমকারা খুৱাংমুয়িলনারে ৱাঙ-মলোল নঙপু মারাল য়াংনা খুৱাং মাসাইকোলপু য়ৌরকও হায়রকও হাইনা পাওমেলপপু। তায়ম লমফেল হাওরোং হলপাও য়িতু নিং-থৌ খুৱাং লাংমৈরেমপনা হাইরকপা ৱারম অসিপু কারি ৱাপু হাইরকপনো ৱাইরা সায়াই কননা ৱা হুয়েল লাল য়াইথি ৱানে য়িপারি চহুই লৈরোং অতোলপা চহুই লৈরোং পামপতি লাই-

রেল মিঙ্কিংগু অতোম যোইরেলপনচিংনা পোইরৈ পুমনা তিল ৱাঙম পুমনা হুপনা শেনলৈ লেমলৈ পুওচ ল খোককুম নানৌপানা নোংপাল ঐতি খুরাই শিঙতা চল্লাপনে ৱাইরা সাত্তারুখিকে হাইনা পাউমেল-লপু মমাল ইনিংথৌনা থাপী লেপনা য়ুংলে ৱাইরা সামৈকক সাতাল মভোন লোম্না তোক্র্রিঙনে হাইনা থৌখাম্নোরে অশুম পাওত্তাবপতা ভমপা ৱাঙমলোল লৌরাংথোমপিতি মপারিকী খোমলেল মংলিরংমপপু নিংশিংলুরপকি পাইমা উলকোইহুঙতা খললুপপু মথৌ লেপনা ওইরিঙনে হাইপাকি নুচা খাঙচেৎ মচিরাং কোংয়াং য়িস্নু পাল-লোইননা য়াংলৌলমতাং শিংলকলপকা খুরাংমশাইকোলকি শুমাং মথৌপোমপু য়োরকলপতা মহুইয়োন খুরংলাংমৈরেমপিকা মপারি চহুই লৈরোং পামপ অনিমাতি তাল্লোই তু ভমননা মালেম লৈতা পরু। পুরুম ভমপপু হুইরোন খুরাং নানৌপীও নমান ঐনা হৈকুপোৎতম শমনপা য়ানানমতা শেনকু থৌতিংতরপিও হায়না শম্নাংতোলকনাল খুৎচেং হংচি পায় মমাল তেংথা মিকপ্পনা পারি ইবুংঙো নংপু পলেম নমা ঐনা লাংপল কৌথানামতোলকুম নাতোম তোমশাৎনপা নংতি নপল লৈভপা অতাকনা পাথৌ লাংকোনতা পলেম শালত্তাকভনা নমাল মরাল য়াইতা করমনা লৈঙমলপনো হায়না পলেম মমা পোকমাপিকি শমু মথুৎনা মপারি শমু নমকন থক্তা য়ৈনা মি-কপনরিঙৈ শলথোঙ মপু নিংথৌ চন্নু য়াইপিরৈমনা শমু য়াই-য়োক লেপ খুচেং হংচিলাক মাঙ্গোল খেনচোং মনুং লাং শরিক লাইখল নুংপু য়োনা চিংখৎলপতা মতু খুরাং লাংমৈরেমপীনা ইমোম ৱাংকোল লাই নুরা অতোলপিও শেল্লোই ইপাতাও খুরাই খাইচারুপ হাউসি ভমচিংপা নোংপাল হরা লাংপা খোই লৈরোং অহোংপতি কোরৌ নেংমতোলকী ইরাল কৈকারকলে ফালচাও মোলভেক থকী মালেম লৈত্তা তানা থরোকাংতুম ওল মিকপ্পরে

হাইতাপারা হে লিক্লাইও অসুম মিৎপগারাপাকা য়িম্নুং সেয়াইমতা নোংপাল মপারি থুরাং মমোমলোন অশিমক্কী খোমলেল মঙলানচানপু মচন মনিং রারীনা য়িম্নুং কৌপা চিংলেল নোংকা ঙাল্লকলপতা মপল থুরাং তহোংপানা মমোম চৈরৈ খোমতোলকী তামকপু থুরাংপুন্না ক্লিল হাওরোং পুন্না খোমনা কেকে মাপারাই থুরাং মপুরাইপু পুরমহল্লপাকা মামোমকি মুহোং থোংতোং থৌপু লোইরাপাকিতমক অরেং আউন তম কৈরুক কৈতাই মাশিংসু কৈকল শল উলকা ফিতুপ ফিতাই কোরিসেনয়াও তায়ুম লাই শমসাংপু পরেংশিন মামোমকি খোমলেল মঙলানচানপু রাকৌহানা কাওরেল খুলমাঙ কোককাপরা কোকতাপা মালপিখুচুম কেলকাপারা কেলতপা মাচি শঙকাই ঙাইতুমনারাপা কাওরেল মপাতমনা মালপি মাতুপগাঙর পা কাওরেললিকা হেলকে মনিঙতম মালপিকোল তৈরকে মারাচপু ওইরাপা কাওরেল ঙারাপুঙ চোংপ পু কাওরেল মঙতা গোইনা নোংপালরালয়াইতা হোইথিলথোকলকলাপ কি মমাল অমু থুরাং লা মৈরেংপানা সেললোই মপাতাও লৈরোং অহোংপাকি কমচঙ থোঙলেল লৈরমতা মোঙপা য়ীমলেল সাইকঙ কোপঙমাঙ তিংথৌ পোকলাপাপু মিংয়েং সালথৈরাপাকা অহল মিকপ চৈরেইনানা সালসেমপিরমলাপাকা মুরা লৈকাই মানিল নাইনা পাললোরে হাইতাপরা কেকে আমু থুরং লাংমৈরেমপাতি মারাল ওলখিরাপাকি লোইতাম থাপুম অহুম শুরপাকা অহল মতম ওই মাম্নুংসি চৈরোইনানা লমলেম হাওপা সিক্কেল লাংচিঙতা কোরৌ নোংকাথিয়ে হায়তাপারা হেলিক্লাইও নোংপাল চহুই লৈরোং পামপাকা মরুম থুরাং লাংমৈরেমপীকা অনিমান্নুং মপল থুরাং মনিংথৌকী পুরোই লৈকোইথৌপু মথৌ য়াংকেল লোইরপাতা নোপাল মরাল য়াইতা

চৈরৈ ফিনৌ শেংমননা তারা চায়োমপু চামানানা পাল্লিগৈতো নয়ু মৈত্তিংগু লাইরেল অতোম য়োইরেলপানা পোইরৈ লোইতাম মমুং ওইরকলাপাকী চামু চাঙৌপালকী চানৌ হুইচিনতু কংলা চাকচা নোংতা নোংপাল অরাম পামপা হলপানা পন্ তোংপা খাপম লৌশি হলপা শঙলৌ মথৌরাং য়েন্নাং মঙম ভম্বী লাইরেল মশানৌ হেমতো লোয়মপাপু নোংয়াই মপুঙ অতোলশাঙপা য়াইকি পাউকৌরুরাপাকা লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ নঙত্তি তুপি থামঙ লৈমাচা থামঙ নিংথৌ লিক্লাই রাংকোল লৈমাচা রাংকোল নিংথৌনে শেলগৈ মিরুতোং পোইরৈ ইরাই খল্লরো মুংনাং মখোই নেংনা ময়াই কোইরেল তোংলরো হাইনা ফল-ফমহল্লপাকী লাইরেল মশাবী অতোম য়োইরেলপানা ইতাইরেম মচেং কাইরেল তাললোই অনঙ ফি চাইরোইশিংও তাওতলপা ইঙাইরোইনা মুমিৎ খিং খিং খেনকারক্লে ফমথৌ য়াকারানিংথৌ পোঙপৈরাপারা হাইনা পউহংপাপু হোইতা লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌও তুপী নাম্নুং হৈ লাইরেল নামাল হৈ কনানো তুপী নঙকী ফমমোই মিং লাইরেল নঙকী ফলাং মৈপূ ফম্না কথৌ য়াকারে লাইরেল পোংপৈরে হায়না পাউথুমলাপাতা লিক্লাই ইশানৌ হেমজৌ লোয়মপা নারিগৈনে তুপী ফমমোই মিং লাইরেল ফলাং মৈপু তু অনি খাচিক্লা লাইরেল অনি খাফাংনাফাতে লিক্লাই ইশানৌনা মতোম পালৌরাম্নুনো য়োইপু খোঙফাং লেংনা তিল-পিরকতাকি লাইরেল হৈনা ইতুং ইল্লকাত্তাপাপু কনা কনা লৈপানো হায়না পাউহংপাপু য়োইপু কনানা পাউথুমতারাপাকী য়োইপু খায়োইরোল লিক্লাং খোমপিনা লাইরেল কৌরৌ ইনোং-থৌও য়োইপু নাশানৌ ঐতি তুপি হৈনা নতুংইল লাইরেল ম্না নামৈ রাইরকঙেনে হায়না পাউয়ারাপাত্তা লাইরেল মাপারি

ভৌরেল থুপা ভৌরেলহলপা মথোয় ৭ মাস্তং ব্রাকয়ি হিমা' লৈরাই চুপথৈ ওমতানা মোংপা খুল্লম ইলথরকপাপু লমলে থোংতু লিখাপু য়োরাপাতা মতাইরেম তিলপাল কাইতোলিপা থোঙতু ব্রাইরোকপা মথিং থাঙথাপা পাংয়াই চনমপা তুশা হিনামপা ৪ মানা ইন্নুং শোইয়াইমাতা ব্রকয়ি হি তেংথারবপা নঙপু কনানো হাইনা পাউহংপাপু তয়ুমশিংও লাইরেল কোরৌ ননোংথৌনে হায়না পাউ-খুমলাপাতা লাইরেল মৈতিংঙু নঙতি চিংখোঙপু য়োইলোইপু য়াওরকতা লাইরেলপু চললোইপু য়াংতনা ইন্নুংমাতা মরাল কারি থৌকুমলকপনো হাইনা পাউহ্পাপু তয়ুমশিংও শিনৌ নোংথোলপা শঙলৌ মথৌরাংনা ইশানৌ হেমত্তৌ লোয়মপাপু পোইরৈ খুং-নিংথৌপু ওইহনলৌরে অতুকীপু ইরাল ঐপু থৌকুমলকপানে হায়না পাউখুমলাপাতা মতাইরেম লুয়েল লাল ঙাকপা ৪ মানা তুপি ফমমোই মিংপু মুল্লরশে হাইনা থৌথামপাপু হৌয়াতানা নোংয়াই চাউপা পুঙপু য়িলতালখিরাপাকী লাইরেল মশানৌ হেমথৌ লোয়মপা মুংনাও মথোই পেংনা তুপি ফমমোই মিং লাইরেল ফলাং মৈপু তোলাপাকী যমপাল পোংলোই মশিস্নু অরামপম লৈমা ঈরুনা অশাংপম লৈমা খোঙহামনা নোংপাল লৈরোং চম[illegible] শিংলেল লৈকংলবও হাইনা পউমেল ব্রাকীচহুই লৈরোং পামপানা শেলোই চীং লঙমাইপু থয়োং চুনপা লোক-চাউকী চহুই লৈরিক চিলথেল শানা ব্রাহুইরাং মেলতোমপোক পাললোই থুংঙমলৈ চহুই লৈরিক চিন অচুমপাপু শিংলেল লৈরোং লুরাপাকা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপাতি মোমন্নু তালোই মরুমপী থুরাং লাংমৈরেমপকা চৈবৈ মকা ফোঙ মাললৌ মিমাংতাক লৈরাং থয়োম শানা শিংলেল লৈবংলুইতো কেকে চনুরা থুরাং লাংমৈরেনপিপু লাইরেল মৈতিংঙু হেমত্তৌ

লোয়মপানা তুপি মখোইপু চঙ লাইরেল ভিল্লাং মখোই তারৌ-লাপাকী তুপি ফমপাল থোপু নোইরাপাক লাইরেল মৈতিংঙু ভি নোংয়া খুমন চমু মচল লৈমা লৈপোক ঙমপি মনিং লৈমা পেশচেং ঙমপি ২ মানা পামেল শুমচি নাতৈ নেং শুকমু লৈঙমফেল চেংচা মাইথৌ তালনা কোলোই মিংহুন কাপা লাইরেল মৈতিংঙু হেমতৌ লেয়মপানা পুক্রিং রা কাওতানা চিনকোই পাউমেনলকএ তমুম চিংখোঙ থৌত ইরেম অহং কাঙপি হুমাইরোই মুংথিল চৈরৈ ফিরালরোই চেংলৌ মিংনা য়েংলাপাপু মিংলম খঙপা শমু খুনা খিল্লপপু খুংলম খঙপ খামাঙ থোকভৈতা কচেং থাংকোককুম চৈশৌনা খমনিং থোকভৈতা লাংলেল কোংয়াং রা চৈশুকুম পাল্লোইনাপা নাপ চিকথেমলোই লাইচ. ইয়াল হল তাওচিং হৈরালগলোই লাইরেল ঐকী রাইর লিখাও লোইশিংও লাইরেল কোপৌ মনোংথৌ ঐঙোন্দা শিংঙেল লৈকংলপা পোইরৈ থাংঙা নিঙোলপি পুম্নমতকী রাহোং মৈপুঙ নোইকুম-লারাকপি মুচা ঙকশম তোংঙমনোক নচা মথোং ইঙাংহৌ চিন-পাল মোইকাইরেংপু শাপল তায়াল হৈকুম মোইক ইহৈওংনপী য়ারল খোংচি তোলপু শেলপি মচা হৈকুম নিংথিপী খোইরুম মোমোন নোকপা শকওংনা মুচা য়াংলেলঙপু লিরি ইতলচৈ-কাপ-কুম চুমখোইপি লাংপল অসি খোইকুম খাঙহনা তাওচা মশম তেলপু কৌপা চিঙনৈশঙ তেলোং লৈকুম শম্মাং মুরৈ শঙখাং-নপানা মুচা ফৈপোম মাতারমতা শান্না ঈফোঙ মৈপু থোক ৭ লাইচা ঈচেলনকুমপি কোলকম লৈয়েংপি লাইজ ইহুলকুম শিং-লেল খয়াল পোমপোম লৈকুমপী অতুপু লাইরেল ঐকা কম-মোই মিংকমমনা কলাংমৈপু তোমালনা রাঙম রালোল তেমপপু তেম্মানা পোইরৈ চংরা হায়মননিংঙে পলেম মমা কনানা পোকপা

পম্বৌ মপা কনানা য়েলপনো মুজা মপা হাঙলিপরা হাইনা পাউহংপপু অঙোপা হাউথৈ লালথাপকা ল মাইথেমপা লুকোক য়াকোং শুচাকা ২ মানা থুরাই মবৈকোক মরা লৈকাই মপাল শাংনিকিনা লাইরেল কোয়ী ইনোংথৌ ও পলেম মমা শলখোং মপু নিংথৌ চমু য়াইশিরৈমা লিললকোইকি কেকে অমু থুরাং লাংমৈরেমপা মমোমলোল থুরাংলাংমৈরেমপিনে নমু মৈতিংঙু য়াংলৌ কৈকাপা মমোমলে ল চৈরৈ লাই মুরা রাঙম লৌরাংখোমপি পাইমা মা লিঙকোইকি নঙ ইরেম নোংপাল হরা লাংপখোই লৈরোং অহোংপা থুরাই খাইচাক্লপ হাউসি ঙমচিংলমপা মপারি লাইরেল নঙকী রাইরা মা লিথাওরে ই নোংপাল চহুই লৈরোং পামপকি তালোই মরুম পানে তুপ ফম্মে ই মিং লাইরেল ফলাংমৈপু ভোংনফতে লৌহোল চৌচ থুতা মল লাংনা লুকোই নমনা চাকনে হাইনা পাউখলপকী লাইরেল মনিং নিংনা তেনা তুপি নিংওল পুক্লিং লেঙনাকল লাইরেল অপাম রপু রানিল হলতানা তুপি গুংওল রপু শালথংহলতনা নোংয়াই খুনল চমু হৈপোকঙমপী লৈরইনা মনিং লৈনা পোলচেংঙমপি লৈচিলনা রাথৈ হিকু হিকাপাল কোংপা লুংেল পাংতা পালপা লৈ শিংলেল ঙঙকোই ফাকপরা ফাতলৈ কেকে হমু নারংমুনা ইমুং কাউরেল শল তানপতা লেলপলৈ লৈরাং ঙংকোই ফাকুমপপু থুরাং লাংমৈরেমপিপু শিংলেল লৈরেংহককে হাযনা নিংখল্লপকি লাইরেল মৈতিংঙু হেমতৌ লোয়মপানা মমুং খোইপা লিরোলাং লৌশিং পোৎমাইতুনা তয়ুম য়েক্লা শিথিলসাংচালনা য়ৈথাই পাওথিললাং থুংপাই শোকফম খঙত লাং শগৈ ঙাইরি য়েক্লা লাং নমু থুনী কোংকোইলাং শিনা নানখলাং শারা পলকেল লাং মোমমু চালনা য়ৈথাইলাংপু লাংথারককে হায়পকি কোরো

নোংপুমমতা লাইরেল মৈতিংঙু হেমতৌ লোয়মপনা তয়ম চিং-খোং থৌতাইরেম ন্নইরা ঐশা লিখাঙরোই লৈরোং অহোঙপকী মপারি নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা নঙতি নোংনেম লাইনা পাঙপলম লোইপি খোলাং মনিল নাইপা লৈহৌমল লোইতা নাত্তাপা মপুংয়াইপু কনা ঙাপা য়োনপংনা লেম্নলৈ তরাল হুল তংনৌ য়োংপুল থললোং মায়েক্লা নোইম্নু থুমপোৎ শেমনা লাই-রেল কোরো ননোংথৌকি কংলা ঈচংলম ভুপি ইফালশাংপু তলা উপুলচন্দনা পামেল উমিং লোইরো লোইপি খোলাং মনিল নাইপপু শমু থুং ওইনানা তালা অরেমপা পামেল চাউথোইপপু হংকৈ ফান্দপাক লৌনা তালা ফালশাংমাপু য়ল্লকও হাইনা পাউমেল্লপতা মতাইরেম চহুই লৈরোং পামপনা লাইরেল কোরো ইনোংথেও নাত ইরেম ঐপু পামেল উন্নাঙশোলপু নাতাত্তা তালা হোইথেমখোলপু খঙতারিপা অঙাং নাব্র অংপনে লাইরেন স্না নখোঙখাপু য়ৌঙমতরঙৈনে হায়না পাউখুমচয়পকি মতাইরেম চহুই লৈরোং পামপতি কাইরম খুংলুম লাপুরোইপু নোইম্নু থুমপুনা নমপোঙ ইনহুললোই লাংথা ইনস্নুপা খাতা ঙা থরোইপু লেম্নৈ ঙাপুনা তখেল ন্নাইরি য়োং শুংপপু তেংনৌখাইচা তরাল য়োংপুন্ননা মরোই খুরাই ভামপা উন্নাওপপু ভাইরোইননা নো নেম লাইনা পাঙ-পলম অন্নাং কৌপা চীং লুখুম কৌপা মতাইমা তাউচিং হৈঙাও লাংনা ইটেঙরোক শেল্লৈ অচালপতি নমতাহুলনা লালচেল্লোকপু পাচা অচান্বা লালনঙনপপু লালকোল লোকপু ঙমথঙননা খোলাং ল লতুরোকপু নাতৈনা লোকনে ন্নাংখুলোবপু ঙমলোলনাখিরে মললোই মপুংয়াই খোলাং মশাইকোলপু য়ৌরপতা নোংপাল মাকী পম্থৌ মপা পোকমা-পা লৈরোং অহোংপকি লেইপী মপাতাউ হেপা চিঙশাং কৈমাইপকি লোইপি অহোপা য়িমচাউ অচৌপকী হেমপা পাখঙ ফালম্নুংভাইপতা

হাইখুংলুরপকা লাইরেল কোলোই মপাউমেলপু হেমপা মাঙতা থামা পাতমলাপকা নোইমু থুমপু পোলমাই হাং তংনৌ য়োংপুল থোক্লা ঙাপা ভারাল চুলপপু লোইপী চুপপু পৈনা হোয়াতরিঙৈ মরোই লেমলৈ ঙাপুংরাই নোইমু থুমপুরোইনা লোইপী চাচং-পীরতে হায়না হেমপা মুমাং য়েলহাই চল্লপকি লোইপি কল-হৌ নিরু। পোইরৈ লালহিংশা হেমপা ঈঙাংথোক্লা য়ৈনরপকি লোইপী চিঙলোই মরাংহৌ হেমপা থোলাং মনিল নাইনা পোইরৈ মীয়াম শিনরপকি নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা পুতি মপল লোইপি চিঙশাং কৈমাইমুঙ মফমলেলতা শালথুপ পিরাপাকি লোইপি থোল্লাং মরং হৌ লৈহৌ মলোই মথি নাই হেমপা য়িমলোই হৌনা নেংপাল চহুই লৈরোং পামপাপু কভাইনো হায়না লোইপি হুইয়োমশা থোলাং মখেলাং তিমেন ঙানোই চোংকুমনা নোংমলহলকে হাইপাকি অহোং য়িমমুং চহলাপাকি হেমপা চিঙশাং কৈমাইপানা কৈমুং মথোংচিনতা হেমপা লমপু তিংনা হে লোইপি ইপাভাওশিং পলহ্নৌমপা পোক-মাপা লৈরোং অহোঙপাকি লৈরোং অহোঙপা অসিপু লোইপি ইপাভাউপু ওইরম্রে লমলোই মপারিতি লমলোই ইপারিপু মঙইরে ভারাচা পিচাখিকে হায়না থোখমলাপাকা থেলোং তেকপি ওকচাউ হাংনা রাংলৈ য়ুনৈহলখিকে মরোই মরাং হৌপা পুন্নমকপু লোইপি হাউপোক তংহলখিকে হায়পাকি তেকপি ওকচাউহাং রাঙলৈ থরুং পমথাঙননা য়ুনৈরাপাকি হেমপা মপুকথল লোইপি মরিল কঙনা চারাপাতা হেমপা অয়ামপানা শোঙকিনাপা লোইপি হাওয়াম পুমম'কনা শোঙকাঙনাপা হেমপা চিঙশাঙ কৈমাইপা লুরাং নাহা চহুই লৈরোং পামপাপু শমু থুংচে পালোইনানা পুথোকলকলাপাকা লোইপি ইপাচা হেমপা য়িয়েল লুশিংঙ

নোংপাল লৈরোংপামপা অসিপু কোরৌ নোংপুম হুম্নিতাপু হেমপা ঐখোইকী থেলপুঙ মাঙতা ঙকলৌ শেংকম শানা হেমপা শামি কাপ লোইপি লালমি য়ানাসে কুরাউ হংকাতুম চলচিললো হায়না পাউমেলপাপু হেমপা হোয়ানানা কুরাও শঙশোকয়াম শাহুং কোনতা য়ৈনা শিংচেপ লুরোইথা লোইপি মিৎশেন খাঙনা অস্থুম কুরাও হংকা চলনা নোংপাল পুক্লিং মুংশিখোই চিমপাল য়ারি কঙনা নোংথোইরিপাপু লোইপি মাপাউ হাওকাপা শিনৌ লাশিং তিকপাশিংনা নাতারকপা রাকি চিনকোই পাউরল রাকুম লাইরেল মৈতিংঙু হেমতৌ লোয়মপানা নাইচেন নাতা রাকি মাতাইরেম চিঙখোঙ নাকতৈকী অহিং কাংপি হুমাইরোই শামু খুংনা থিনপাপু খুংলম খঙপা চেংলৌ মিংনা য়েংপাপু মিংলম খঙপা অসিংপপু খননা কেকে খুরাং লাংমৈরেম'পতা নাপা চিকথেমনানা কোলোই পাউমেললুও লাইরেল মৈতিংঙু হেমতৌ লোয়মপানা লৈমা চিনকোই নায়থং অরেমপা পালনা তপতাই তপকুমপ পু লিকলেং 'পরেং ঙঙকোই মস্থুঙ লেঙলকও থালেল মতুং থোকপতা স্না য়াইকোল মুংতা করকও শিংলেল থেংথানা লৈরাং খাইথানাসে মুংঙন রারৌ লিককুমপাপু থাপা লিকরাইনাসে হাইরকএ হাইনা পাউমেলপ পু নাতারাপাতা খুরাং লাংমৈ রেমপিতি মুচা খুতাং পিষমতৈ মুংশি হেকওাইনানা লাইরেল মৈতিংঙু কি মতাইরেম মাচেঙ কাইরৈ য়েলতাললোইও নোংপাল নঙখোইকি পাইরৌরেম শাপি ইবুংঙো লুরাং নঙা নিংথিপাকি তামকপু মুচা ইহৌঙৈকি মখৈপু পানা লমলাল চাতাপি পুক্লিং থুকম হোঙনা নিপা মিংমৈ চোইয়েংনাতা মালচা ঐকী লাই ওইনারিপা. ইতু নিংথৌ নঙকি পাইরৌরেম নোংপাল ইশাপিকিতমকপু পামেল হোইচিঙ ঙমলকস্নুনো হাইপাকি শয়াং কিশি

থোক্লা তাঙচা শমতোল ছাইস্তাপি মোলখাঙ মফম হোঙনা থকল্লুপমফম লেঙতানা মারেল চেপনা কোলনা য়াতারিপি ঐপু তুপি মতিক্লা লাইচরল মাপানাতা পিরে হায়না পাউথুমলাপাতা মমালতানা লোনকননায়াপাতা অহিং কাঙপি হুমাইরোইনা খুরাং লাংমৈরেমপি মপাওমেলপু লাইরেল ম্না মখোঙথাতা পাউতমলাপাকা লাইরেল মৈতিংঙুনা তয়ুমশিংও হৌরেল মুমিতাং তাংলৌ লৈনাথঙ অমম তোলপা তোলপা নারলশিফা নিক্লাপাতা লাইরেল ইহাৰচংনা পাওথেমকে হায়না মাতাইরেম তেংলৈ মুংচা অরাপ্পা হাওরা মুংচা অতামপাপু ঙাইরোইনানা নোংপাল ময়িম নাকপু চঙলকলাপাতা কেকে খুরাং লাংমৈরেমপিনা লাইরেল মৈতিংঙুনা লোললুম আয়ুম নাকপু চঙলকলে হায়না লাইরেল মাশান খঙলাপাকিস্থু খুরাং লাংমৈরেমপি শঙলৌ মথৌরাংনা ইন্নুংমাকী তুপি মমাং শঙকোইতা য়াংলৈ তাওপা হুইথকঙৈ চারাং হুইমোমপু অমোম চাচেলপিতা ১০ চাপুঙ পৈ তাউপা মহুইচা মালপা লৌশিংপাতা ১০ খিচিকতা হুকনা য়াংলৈ তাওপা হুইথকঙৈ খানপা লৌশিংপাতি য়াংলৈ হুইপুক থলতারাপাকি তাউপা মশেং কাঙ ম্রাঙলৈ ময়া খিনা তাউপা হুই চিকখোকলপাতা ১০ চামল পিরাপাতা খুরাং লাংমৈরেমপিনা লাইরেল মৈতিংঙুনা তাম্নুনো কাইপাকি য়াংলৌ তাউপা হুইরিচেল ফংতপাও অমোম পাঙ্গল শোল্লপি তয়ম নানাইপিকি ১০ মচাৰলুকপু রারারে তাউপা শারিংচেল হিংচাপা নানাই চাৰস্থু খঙতারাপা মপু চাক্লে য়েংতারাপা নঙদি হুইচিনতুম হুইনিঙকাঙ শাথিপা তাওপা হুইচিনতুম নঙতি য়াঙলৈ নায়াই মালু তাঙচা ইকাইতাপারা তয়ুম নানাই ওইপাকি শরুক লুকতোম হুলচাপাপু মীনম শরি চাকপু করিকি চাকে নিংলিপা নঙতি কোরৌ নোংখাকমৈ মহুং লালচেলমৈপ

শোঙকিত্তাপারা য়াংলৌ তাউপা হুইচৈনানা যোমনু ভুংচিং মথুংঙনা য়াংলৈ হুইনম য়ৈনা মুচা শমু মথুংতোলনা তাউপা নাহুমতমনা চৈপিকে হায়না য়াংলৈ হুইকৌ থোকলাপাকিপ লাইরেল মৈতিংঙুতি চেংলৌ মিংথিংলা মিংয়েং শালথৈরাপাকি থুরাং লাংমৈরেমপিকী য়াংলৈ তাউপা হুইচৈথোলপ নাত্তারাপাকি তুপি ঐপ পাউরৌনাপা রাপ ওইরে হায়না নিংথললুরাপাকী লাইরেল মৈতিংঙুতি তাংচা ইকাইখোই হুইয়াই শেনকোই মক্ষ ভুক শেলপি চায়ে ফিরাং চালকুম লাইরেল ইকাই ঙকচুনারা-পাকি ময়িম নাক্তকি তুপ খোঙকাপ নৌরৈ থাংঙমতানা স্না য়াইকোল মুংপু য়াচঙখিয়ে হাইত্তাপারা হে লিক্লাইও নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা রাইরা শ'রাওখেলপু নাক্তাতারপা হুয়েল লাললাওখোলপু খঙচতরিপা ভুঙাং নরা মথোপলকলিপা লরাই হুইক্রকুম মকোকচাউ তিংকে ইকুম মনাপ্লেক লাংপল তৌত্রকুম মতোম শাংলিপানা লোইপি মলোই মপুঙয়াইতা কুরাও হুঙকা চলনা নাম্বা চিনপাল য়ারিকং কাইরৈ পোলঙক য়েলকুম হুকচাং কুচুওন ১০ চাতংলা লাইচা চিনথুল যোঙমতারাপাকি লাইচা ইখৌ-লাংনা কোরৌ থোংনা য়েং মুংশিখোইপু ওং হেকভাই মুংয়েং চেংনা মিংকোই লাইচা ইফমচেন য়াথং হেকহায়ননা খোয়পু নায় ইনেমমচা কেকে থুরাং লাংমৈরেমপি নঙপ চেংলৌশকক্কো হেলনা পুকুং লিলনা ঙনপিনে নরা মথোকলকচৈকি মথৈপ পুক্লিং থুফম হোংত্তাপি নংপ চেংলৌশক উত্তনা নশাপি ঐপ লোয়পি মপুঙয়াই হেমপা মশায়কোল অসিত্তা করমনোংমললা-শিপানো যোমনু তাললোই ইকমপি নংপ ইপারিপ শংনাত্তা ইয়োমপ ফুইনা তারিপিনে পাইমা ঐকি উলকোইমুঙতা মুংশি খোকাও ঙমতাপি নঙপু চিংলৌ শক উত্তা পলেম ইমা রাংকোল

লাইহুরা নিংথিপি নঙপু অহল মতম ওইনা হুম্মাদৈ চিঙ ওল্লপি পলেম ইমা ব্রাংকোল লাইহুরা নিংথিপী নঙপু অহল মতম ওইনা য়ারেল মথৌকুম্ন: খোংকাঙ মঙম শোইরপি চেংলৌ মিংকম কুৎনা মিংদৈ কুকসুং লাইরেল হৈস্নুম শানা নম্ন চেংলৌ শকথঙ য়েন খুত্তোল হিখৌশ শামু খোংকাপ অথাং খুতিংতা লৈত্তোঙ খুথি য়াম্না মিংয়েং উয়োন থিরপি নঙপু নপারি ঐপু নব্বা ইথুজৈকি মথৈপু পলেম থিকলেগ মাইওকনা খেয়োং লাইজা ইহুমতোই ১০ চাকুপ শাইনা শমু নমতা পো— চৈরৈ থাকোলননা নাও- য়োকপিরকপা পলেম ইমা পোকমাপি নঙপু চেংলৌ শক উদনা লোইবি খোল্লাং মপুংয়াই মালোই মশাইকোল অসিদা করম লাল নঙলাপনো শায়না পলেম তেংথাননা মিকপ্পপু মপন লৈরোং অকোংপকী লোইবি মপাতাও হেমপা চীংশাং কৈমাইপনা নাতা- রপকী মুংশি পুক্লিং চংনা শেল্লোই মপাতাও নোংপাল হাব্রা লাংপা খোই লৈরোং অহোঙপপু নিংশিংলুরপকী মপারি চহুই লৈরোং পামপকি ওকথি লুমলাংকোল খজাই লেঙলোই চুপ লোইপি হেকঙাই মপ ও চ ওনা মিকপ মিনাখিয়ে মপল লৈরোং অহোংপকা ব্রংকোল চিংশাংলোই খোর চৈতা ওাপ: শেৎচানা ঙারো খাইচনরকপা পন্থো নপা ঐপু লৈরায় হায়না থৌখাম- শিল্লপকা লোইপি মকেঙ খুল্ল কপা কারং হ ঙোইপকী শম্ন খুংচেং পাইনা লোইপী লোলক্লা হেমপা লোনখিননাপতা চিনকোই পাউমেলনখিয়ে কারং হ ঙোইপা নংপু লোইপি চিংশাং কৈমাইপা ইপাওখোলপু লেপ্পা চৎপিথিও ইপারি চহুই লৈরোং পামপকী নোংপাল মরালয়াইপু চংনা পাও তাকপিরুও পোইরৈ মীয়াম অয়ামপপুতি হেমপা লালয়োইনরৌরে নোংপাল চহুই লৈরোং পামপপুতি লোইপি লালমি কাপানা হেমপা মমিয়ালনাকে তৌ-

রপপু কোরৌ নোংপু অহুমগুপু নঙাইলোয়ে শমু মহাকশাংপু ফংলাপস্নুঙ হুয়েল লালমী কাপানা ঙমলপস্নুঙ পান্নি তাংচা লুয়েল তোলপু হনরাইখিনপ তেংনৌ থাইচ, তরাল য়োং লোইপি য়োং পেংপি হেমপা য়েনপং থুম কাংরেল শলচিরাক ৭ খোইতোং-পস্নুঙ য়াওনা লোইপি ইশাইকোলপু য়োনা কাখংলাকও হেমপা লালমী কাপানা হাল্লৈঙেনে হাইন। পাওতাকপিরুও অস্নুম পাও-মেল খোলকি অয়ুক চামাই লাংনা লোইপী মকেঙ থুল্লালপা। কান্নং হংঙোইপনা নোংপান ময়িম চংনা পাওতাকপিরপতা নোং-পাল ময়িমনাক লূরাং মাসাইকোলতি কোরৌ নোংখোং কোই-কুমনা মিকপ্নরপকি পললেম মমা অহল মতম ঙইনা হন্নু ম লৈ কান্নপীনা মপারি ন্নুংশি রাকি মিকপ হল থাঙমতনা মালেম লৈতা ঙন্না মিকপ্নর মোমন্নু তাল্লোই মরুমপী থুরং লাংমৈরেমপীতি থংলেল কারি রানো হাইনা মরাল মোংপা য় ইকি য়িমনিঙ য়িমমাং চেন তাংচা মসম কিঙমত, ঙনাং রাইপুড থকতা শমু খোংপু থিন তিন-থোক য়াংলৈ চোংকুম মিবল্লপনা তেংনৌ য়োংপু থিঙমতা নোইনু থুমচা লাকঙমতনা তরেং খোইতোংপপু লৈঙমতরপকী মসানৌ লূরাং মিংনম মাইননপপু পাওকৌরপকা কাওরেল মাকি ললউল সলপু ফং-কে হায়না কাওরেল কোলথৌরিপু থুংতা পাইনা কাওরেল ঐকী য়িসলচাপু কতাই লমতা চাকতাখিপনা হাইনা থাল্লৈ মখোয়কী লৌ-রাংচাল উনতু রাইতু সলপুম ঙারম কৈফেং চুপলেলপা পারোন অশুবা হামুক কৈকাপা হুপলেন তাইথ পা কোনতে লালতা রৌতা কাওরেল চাকতা ঙমকাপরা হাইপপু মালপী চাকতা ঙমতারপকী য়িসানৌ লূরাং মিংনম মাইনমপাও কাওরেল মাথৈঙকী চাকতাফম য়িপল থুরাং লমমাচাও কেকে য়িতুলমমপাক তাকলেল নোংথিলয়াই রাং-থোলপী সাকংলম পাংচাও লৈমকোল থোংলেল অমুপাং য়াং-

লৌ মেংসেলপল লমতা চাকতারিডৈনে হাইনা মিংয়েং সাল-থৈপসুঙ কাওরেল চাকতারমতরপকি মাপল খুরাং অহোঙপকি মরাল য়াইপু চঙনা কাওরেল ঙারা পুঙচোংপাপু কাওরেল কোলচঙ-লকলপরা হাইনা কওরেল পাংহংলুপপু কাওরেল কোলচঙলকতে হাইনা পাঙখুংলকপতা পল্লেম মমা য়াইপিলৈমনা হে য়িমোম পেম-মও কাওরেল করিকীপু সলথিরপনো হাইনা পাওহংপপু পল্লেম পোকমাপিও নাতুরোইনাই থংলেল নোংপাল নহাকি তাংচা লুরেল-তোলপু থোক্লকে লোইপি থোল্লাং মাপুয়াইতা কুরাও হংকা চলনা হেমপা সমিবাপ লোইপি লাকমী য়াকনকে তৌরৌরে হাইপকি তামকপু কাওরেল সলথিরকপনে হায়না পাঙখল্লপকি খুরাং পুম্নাহৌ মপাম হাওরোং পুমনা তিলনা মিকপমনরপতা মাতু খুরাং পুমনহৌ মপাম হাওরেং পুম্না তিলনা মামোম খুরাং লাংমৈরেমপিপীতামকপু মাতোম মাতোম কাওরেল সলথিনাথিরে লমতেং লমলাং য়ৌ হোঙাও কৈসিলান পাংশোই লমমাহলপু য়ৌনা কাওরেল সলথি নাথৌরে হাইতাপারা ॥ খুরাং লাংমৈরেমপী সানৌতি থোঙতাকপা মঙয়েং লামপী সলপেল লংননা লমক্লেল লময়াই সমনা কাওরেল ঙারা পুঙচোংপাপু লৈতামকপারা হাইপাগুঙ লৈতামতারাপাকি য়াংলৌ মেংসেলপলপু কানা কমপোংফুৎ মমাও য়াংলৌ নাহা মাওপু নাতৈনানা থোইমোম খমলাংপা য়ালৌ খলপা মগুমামেল মাওকি লাংলেল রাখোঙ খাতা য়াহিপ ঙমকাপারা হাইপগুঙ য়াহিপঙমতারে উরিপোক খোংসায়াল ফৌরায়াং অচলপাপু ঙম-লোলনা কৌপাংপৌ চিঙকোল চিঙকোল কোললাংমৈ কেকে লৌরেলপা চাওপা সোলপোল ঙমপা খোইমোম লাইহাংকোল মাপারি লোকপা লাইপা থাললৈ লৌতাপানা কৌপা লাইয়েঙ লৌ অল্লাং কৌপা লৌ চিঙকোল চিঙকোল মাম্লুং লৌতা কাওরেল

মাসলচা মালপি ঙাম্না পুঙ চাংপাতি মুৱ লোকলেল কোল ঙাঙ-চেঙ মমপ রোক তমপা মুকতম মেলত' কাওরেল মানিঙ তম মালপী লৈঙকাম মুংপী নমঙ'ম্ন য় ত'রুপাকি মালপী লৈঙাঙতৈ মাথনিক মালেং লৈকাই হাই মরুম লৈপুঙ খোলকুমনা মালপী মতিঙ ভিঙনায়ি কাওরেল ওকক্র লৈতাইখোং হারু লাংপল ফুক লৌরি থিনপি মৱিল ফাং মালপি চিরেল ২মাপু মালালেম লৈখোম তৈনা চিংখেঙ কাওরেল সলয়ামলকতা চাকতাঙমপাপ্ লমওকনারুর'পাকি কেকে থুৱাং লাং'মরেমপীতি হার'ও মুংশি মিকপনায়িতৈ মাসানৌ লুর'ং মিংনম মাইনমপানা মালপী লোরো হাইনা কাওরেল লিকা থুকে চঙখিপাপু মালপী মমিং শুক কাওরেল মানা ফন মালপী নিংসা থিনকামনা কাওরেল মাতু খিঙ মালপী মামিং লাওনা য়েংনা লুরাংপু রাইথেংনারাকে হাই-পাকি কাওরেল মৈরুং কাংনা নোংপল কোইতালনারাপাকি মাসানৌ মিংনম মাইনমপাতি কাওরেল কোংকোই থুঙমকে থুঙমতারাপাকি মালপী লিকা লৌকে লৌঙমতার'পতা মাতৈ লৈমা থুৱাং লংনৈবেমপিন্তি চিঙকোল মনুং লৌকি চারু তাংসোই থকতা কাওরেল মাতৌ য়েংনা মুচা সমু খে'ঙপু থিন মুংশি মাতৌ কমপু লৈতানা মিংকোই লাইচা মিংপাল চেল য়োইপু ফানিক সানায়েপনা কাওরেল লিকা থুকে হাইপাকি মালপী লোরো থেমনা চঙশিললকপাপু কাওরেল মমিং সেপয়েংনা মালপী হাসং লৈখণ পিতানা মালেম লৈঙকাম ওকক্র লৈতাইখোংনা মুচা রাইকে তৌঙমলাপাকি বেকে থুৱাং লাংমৈ রেপপীনা মুংশী পুকখোককাই অৱা য়িরৈচল মুংওল খোইপু হোং মাপাপী তেংথানানা নোংপাল তাংচা লুরেলতোলপু কনঙমলারোইতা-রাপারা হাইনা মুংশি চৈরোইনানা কাওরেল কারি রাকি তাও-সিকনো মালপী নঙপু কাওরেল লাংমুপী মানোংয়াই নিঙথি

পামহৈপা মাপারি পললেম নামা মালপী কোনহুপীনা মেনতে নিংখৌ সারাপ কৈরোখ:তা নাওনৌপা মেনতোং মুঙকাই চিঙতা হা কোকপা নঙপু পলখৌ য়িপা য়িপুঙঙো খুরাং লাংমৈরেনপানা য়িমাল মেনতে নিংথৌ সারাপাত ফি তরেং খোইতোংপাকা মলসিল কাও কাওরেল পোলে.ই নমিংথোংপু লোইপী লোইচিঙ লোকখল মায়োলহুংকিতাপুং ঙারা চিঙচেঙ কৈতুপ সমনা চোং-থারবঞ্জ হাইপাকি কাওরেল ঙারা পুঙচোংপাও তৌনা কৌএ য়িপল খুরাং অহো.পানা মামোম লৈকে.লতা ললউলসননে মালপী নওতি কাওরেল কোলকা তৈনা চিঙকোল মাহুং থাপ-থালৌতা কাওরেল কারিকি চাকতালমপানো মালপী নওকি নপুংঙো নোংপাল চাহুই লৈরোং পামপা সাপি য়িপুংঙো য়িনেম মচা পামমুপ: লোইপী মাল্লোই মপুং য়াইঙা লাইরেল মৈতিংঙু হেমতৌ লোইয়ুমপা: সংলৌ মাথৌরাংকি কুরাও হুংকা চলনা লোইপা সামী কাপনা হুয়েন লালমী য়াননা নোংমল-লৌকে তৌএ হাইপপু কাওরেল নংতি কারম নাতাতপনো য়িমাল মচা পামুপ সাপী য়িপুংঙো নিঙথিপকি ঙাঙচা লুরেলতোলপু ঙাকঙম কনমলনারুসে হাইপকিপু কাওরেল মমিং চিংনা য়েং মালপী মিংকোই য়িরা হৌ কাওরেল মপা চিহৈথাকুম মালপী মখোং ও মাপু থাংনা খেংনা খোংনা চেলশিলকপকা চিরেল মাপু মালেম লৈতা য়ৈ মলপী মখুমাংপু লৈতা কাওনা কাও রেল সংনা য়েংনা মিকপলরপকি খুরাং লা মৈরেমপীনা কাওরেল মানা পাই মালপী সয়াং শিংনা কাওরেল লিকা থুরপাকা মসানৌ খুরাং মিংনম মাইনমপনা কাওরেল মাংতা চিংনা চিঙকোন থেংকারমপু কৈনা তুপা নাকালম্মা হলপু নাতৈনা কৌপা য়িরোং-খোংপু কৈতুপসম খোইনৌ য়াঙমথেলকি থালৈ লমলোং কৈপু

কালনা চোং কৌপা নুরাংচিং ঙাংচেং চিঙপুলসিপু নাতৈন নোং-পাল হাওকোং নোংথিলপা মাসাইকোলপু ঙমলোলনা তুরেল মোংপা কৈখোংতা মৈতিংঙু কোইরেমপা কৈরেল মথুংকা রাই-কোক লমমাহলপু নাতৈনা নোংপাল তেনতোং য়াল লুরাংপা হলমোমপা লাইচা য়িনিরাই লমলেল লাইচা য়াহারাইপু নমতা হলনা থাথম লাইচা য়িপুং সোক খোইনৌ লময়েং চিংপু ঙম-লোলনা কৌপা লৈখামপোক রাংঙমলোল কংলাতোংবী মকাই-ফমপু নাতৈনা হেমপা সেলমৈ চিংকারম লোইপী রাইসোং ঙাইথিরমপু য়িলনা মুংপী য়াখৌ নেংনা চিংলেল য়োঙম কারক-পপু তানলোই মারুমপী থুরাং লাংমৈরেমপীতি অরা হুইরাং সোলতানা লোইপি মললোই মায়িমনাক হেমপা খোললাং মা-সাইকোলকি তাওচিঙ হৈঙাং সংনা য়িতৈরোক শেললোই অচাল-পতি লাংকোল লোকপতা অচালপত লালনংলোক লোকলেল রাংখুরোক তাপুঙ চিংতোমপোককী পামেল উখোংখা লোইপী অরা পোংথাকম হেমপা হুইরাং থাংনা পোংথোককমপু য়োরপাতা মথংলেন নোংপাল চাহুই লৈরোং পামপাপু মাপল লোইপী চিঙশাং কৈ মাইপানা হেমপা মারৌ লৌনা হৈনা লোইপী মৈরেংপা হেমপা মিশেল খাঙলিপা পুমনামাপু সারেল সানৈনা রাংলৈ য়ুনৈনারাপাকি হাওতৈ কোককারা রাংলৈ তোনঙমনানা সারেল কাহাপনরাপাকি খোমলেল তুমকলখিরাপাতা মাথংলেল নোংপাল চাহুই লৈরোং পামপাপু থারাই লাইশেংখিশুনৌ হাইপাকি কুরাও হংকা থাংনা লোকলেল রাংখুরোককি লোকলেল লাইচা য়িরম য়িলনা থাথোকপিরকপাপু কুরাও হংসং ঙমতারাপাকি থৌতু মুঙচাও খাকা থা য়াংকেল নাফামুংতা লোইপী মানিলখোলপু শোংকিরাপা রাকি কোরৌ থোংনা য়েং রাকপন পাংনা য়েংনা

সালথুপচারিএ হাইপাপূ খঙতায়াপাকি মাসানৌ মিৎনম মাইনম-পানা ভয়া চাকপুক লাম লাইচা য়িখৌ লাংনা পাইমা খোম-নিংতেঙ তিললাং চাকম লিকলাপাকি চাফু তিললাং সৌ য়িরাল খোইতৌ ওৎচাকে তৌকুমপাপু খামপী মৈ লৈতারাপাকি চাফু তিললাং শৌঙমতারাপাতা কাওরেল ভারা পুঙচোংপাকি কাওরেল মানিংশা থিলকাম খোকলকপানা খামপী মৈহৌরাপাকি কাওরেল নিংশা মৈপু লৌরুরাপাতা চাফু তিললাং শৌরিঙৈ কাওরেল ১মিৎ শঙনা য়েং মালপী লৈনা হাসং খপপিতানা লেপকিঙৈ নোংপাল তানলোই মারুমপী কেকে খুরাং লাংমৈরেমপীতি মোমসু অরাহকনা শোনখৈ নিকলাপাকি মুচা পামপোম ঙকখাংনা খোম-লেল তুমকলচারিঙৈ মানেম মচা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপাপু কুরাও হংকা থাংনা য়িরোক লাইচমসুংকি থৌতু মুঙয়ামলকতা কুরাও হংপু চিংঙমতনা মুংসি পোৎলুমপু অরা হুইরাং শোননা নোংথোইরিপা মঙপু খোমলেল মঙখৈনারকলপকি খোমলেল মঙপু মুচা য়ারা খোনচেল লাওনা মিকপলকএ মুচা য়িমাননাপিরক-তাকি চিঙ লাইপক থিনা য়ামচেং কাচাওপী সারা তুরোই হাংলাপী ঐপু থংলেল হৈনা নাতুং য়িল সানা লাংচেং মামে রাইনা কারম য়িনতাল ফাতারাপানো কনলকএ খোমলেল ঐকি য়িমংলাং অসিপু তাইপঙ মানলংপালপু ওইরগুনো হাইনা মুচা খিকলেল থাপু য়ৈনা মিকপপাপু মামাল মচা চাহুই লৈরোং পামপা খোনলাং মানিল নাইপানা খঙখিরামললোই তানাতাপানা উখি-রাকানে হাইনা পুকনিং সোংকি রাকি থৌতু নমঙানানা য়াংকেন নাকাসুংতা সালথুপলিপানা মোমসু তাললোই মারুমপী খুরাং লাংমৈরেমপীকি মোমসু য়ারা খোনচেল মুংশিপানা মিকপখোলপু নাতারাপাকি তানলোই অপামপী মুংশি ঐকি থৌকাও ঙমতাপিনা

মসাপি ঐকি মরা য়িখোংফুলপু লিয়কপা ওইরিকপরা হাইনা লোকমুং য়িরাও খোলকুম মানলং নোংশিং চৈরোইননা মুংশি মিকপখোঙপু মাসলমালপী ঙারা পুংচোংপনা মানলং নোংছুমপাকুম নোংপাল চহুই লৈরোং পামপকি মুংশি য়ায়া মাখোনচেল মুংওলপপু নাতায়পকি কাওরেল মাখি নাই মালপী মরাংহৌ কাওরেল সল খৌরি মাঙক কিপপু চিংথংল-পকা মালপী মাপি তা কাওরেল নিংশা খিংকামননা লোকালল য়াংথুরোকফি লাইচা লোকলম য়িলনা চংচিলখিরপকি চহুই লৈ-রোং পামপা কুরাও হংচিংঙমতারপপু মালপী হুঙ হুঙ মিকপ-ননা কাওরেল মরৈতোলনা লেকলুরপগা অকি হরাও ঙাইথংনা কাওরেল ঙকথি লুমলাং কোলনা মালপী ঙারা পুংচোংপাও কাওরেল নংকী নপেমমা থুরাং লুমলাং কোলনা মালপী ঙারা পুংচোংপাও কাওরেল নংকী নপেমম থুরাং লাংমৈরেমপীপু য়াও-রকলপরা পাওহুংননা মিকপনরিঙ। কেকে থুরাং লাংমৈরেমপী লুরাং মানাওমুং কাওরেল লিহেপ থোকখিরে হাইপকি কাওরেল লিতোল পাইনা থৌথামলুসে হাইনা কাওরেল সলতুং য়িলচিন-খিপপু মমাল মচা চহুই লৈরোং পামপপু কাওরেল চিলনা ফং মালপী মারৈতোননা লেকনা লৈঙমপপু উরপতা কেকে থুরাং লাংমৈরেমপিতি মমাল মচা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপকী মালচা ঙকথি লুমলাংকোল থচাই লেংলোই চুপনা শাপি ইপুংঙো ইনেম মচা নিংথিপা নংপু মুচা ইমুংলাংকী লাইরেল মৈত্তিংঙু হেমতৌ লোয়মপাকী শঙলৌ মথৌরাং য়েল্লাং মঙম ঙঙকী নোং-পাল ইশাপি নংপু শিমুনো হায়না থৌরাংলপকীতামকপু কোং-কোই লাংতা থুরমলপোই কৌপা য়িরোক লাইচমমুং অসিতা কুরাও হংকা থাংনা নাতোম কারমনা কোরৌ থোংনা য়েং রাপল

পাংনা ়ৈয়েংনা নোংথোইঙমলমপা সাপী য়িপুংঙো নিংথিপাও চাইনা অসুম মিকপমিনরপতা মসাপী কুরাও হংকা চলপপু মুঙপী অমনা থাকাথা থৌতু অমনা থকতা থোলনা মমাল মচাকি কুরাও হংচললিপা কুরাও হংচৈ লোললিপা য়ৈথোকলপকা সামু খুৎচেঙ পাললোইননা য়িরে'ক লাইচম মুংকি হেমপা য়াংলো পোৎথাকমপু য়ৌনা ক্লাথৎলকপকা সাপী মতৈ মনাওতি মুঙওল মুংশি রাপু চিনকোই পাওমেননরপতা লোইপী মখুৎপাকতা নোংমললপসুঙ কাতৌফাৎতরে চাইনা থামপী মৈপু হৌনা তরা খুৎপুন পিন-রিঙৈতা হেমপা থোনলাং মনিল নাইপতি নোংপাল চহুই লৈরোং পামপপু কুরাও হংকা থাংনা থমপপু লৈঙমলমতরপকি হেমপা মাথা মাথানা রারোংনা লোইপী মাথা মাথানা র'চাওনা নোং-পাল চহুই লৈরোং পামপকিতামকপু মারোং চুঙ ফুনাকে হাইনা হেমপা থেলপুঙথক্তা পাহেল সায়ি লেপতম য়ুং উপল সামা কঙনা লোইপী লাকমী কাপপপু হেমপা সামি কাপতুনা লোইপি সামি কাপপপু হেমপা মামি য়ানহাংনা লোইপী খুল নামুংপু ওইহিপকি লোইপি থোল্লাং লৌতাতা হেমপা মালোই শিংচলতনা সায়েল সাপৈনা রাংলৈ হুনৈননা মল্লোই খুলফমন-রিঙৈ হেমপা খুলফমতকি লোইপি রানচং থৌথাপনা হেমপা য়িথোইকি য়িরমথৈ লোকলেল রাংখুরোককি পামেল উয়ামলক্তা মৈথু নোংলোল কারিপা অসিপু হেমপা লালথিনৈরা লোইপী পাময়াল মৈরা মিৎয়েং সানথৈরুও হাইনা পাওমেল থোলকি লোইপি থাংচো ৪ মকি হেমপা হাও পাথঙ ৪ ডংপু লোইপি লাল্লোই থানা মিৎয়েং সানথৈপপু কাওরেল ঙায়া পুঙচোংপতি য়াংকেল নকা তোননৌ সংনা চাকতাঙমপপু চেংলৌ মিৎথিং-লপকি লোইপি হারাও মাথোই তোংনা মৈথু নোংলোল কাপতি

থিনিংতনা মাসাপী য়িখোইকি হেমপ' য়িচিনচাকপু ওইরঙেরে হাইনা কাওরেল লিতোল রাইকে তানচিলখিপপু কাওরেল লৈস্থ কাম্না লোইপী হাওপু (৫) অহুম তংপু চিরেল নোংতং লেংনা নোংমলঙলপকি লোইপি হাওপু অমতি হেমপ লাইথংননা লোইপি মল্লোই মপুংয়াইতা য়াংসিল্লকলপকা হেমপা য়িয়েল্লুসিংও চকযোম থামপী মৈথু নাক্তা মায়িম পোইরৈ মৈতৈ সল কাওরেল কোলতৈ থোকলাপা অমাতংনা য়াংকেল নাফা রাইনা চাকতারমপাপু কাওরেল লিতোল রাইকৈ চঙখিপাপু মালপী নিঙসা থিলকামনানা কাওরেল মাথি নাই মালপি মারাং গৌনা হেমপা লাললোই য়িপাতাও অহুমমাপু চিরেল নোংতং লেংনা নোংমললৌরে হায়না পাওতাকখোলকি হেমপা য়োমলোই হৌনা হুলনা কোংকোই সেম লাংচল লিকা লৌকে হাইপাকি তিমেল তাসাং থুংতা পাই কোংয়াং চৈঙ থুংতা পাই লোইপী হাওয়াম খেরাং থাংনা হেমপা থোললং মাপাল থোঙপু চলনা তানা লোইপী হাওয়াম চেংথারকপাপু চেংলৌ মিংথিংলাপাকি নোংপল চহুই লৈরোং পমপা সানৌ মাতৈ মনাও অহুমমাতি লোইপি মানিলথোলপু সোংকিরাপাকি কাওরেল থৌরি লিতোল পাইনা চেনসে হাইনা য়াহৌরুপাপু মালপী চিরেল হাইনা থাঙলাপাকি লোইপি মানিল তারাপাকা মালপী মানা ফল কাওরেল থুমাঙ হোং চিরেল নোংতং হাইনা কাওরেল মৈরুংকাঙ মামৈ হৈনা লিখাও সা মানপী থুমাঙ কুপনা থাংনা লোকলেল রাংখুরোককি লোইপি য়েংওইরমপাথংকি লোকপাল য়াংপি শানা তোঙ তোঙপাতা কাওরেল মামাই লোইপী হাওরম ওলনা মালপী মাতিং তিঙনা কাওরেল নিঙসা থিলকামনা মালপী থুমাঙ হোং কাওরেল ওকতু লৈতাইখোংনা ঙাইথমলুরপাকি নোংপল চাহুই লৈরোং পামপানা উনপী লাইনিংশিংনা চিনকোই

পাওমেললকএ সানৌ য়িচি য়িনাও য়িখোই অহুম মাতি কাওরেল নোংমল কমতা মলমানাসে হেমপা লালনোই অহুমমাকি তিমেল মহুংচঙ থাঙলেল মাথুংশুপু পাইরসে মোংমু তানলোই মারুমপী খুরাং লাংমৈরেমপীশুঙ মুচা কানিক সানা য়েপ মুরা কাঙসেং মাচিলাং মোমমু কোকসেং খুংতা তাশিল য়েং তিমেল তায়েপ পাইনা সানৌ মাচিন মনাও তনাপু কাওরেল তুংতা লেপমা তাই-খমলাপাতা হেমপা থোললাং মরাংহৌ লোইপী খেরাং থাংনা হেমপা য়িচিনচাকপু কংচায়াঙৈনে হাইনা লোইপী লৈপুঙ হাকুপ য়িনলকলাপাকি হেমপা তাপুকমুংতা কাওরেল খোংতুম খোং মানপী নাওতুম লাওনা কোরৌ থকিকি নোংথৌ খোংকুপ কাওরেল মাথি নাই মালপী চেনরাইনা কাওরেল চেন থংনারাপাকি লোইপি হাওয়াম কাই মালপী খুমাং ২ মানা য়েথুরাপাকি কাওরেল খুতুং (২) অনিমানা চিঙমুং নোংথাং কুপকুম লোইপী হাওয়াম কায়থোবলাপাকি মালপী মমাঙ পেপঙমতানা পামেল উয়া পকনা চেপলকপা হেমপা লোকলমকুমনা চেনখিপা পুমনামাতি নোংপাল চহুই লৈরোং পামপাকা মসানৌ খুরাং মিংনম মাইনমপাকা অনিমানা সললম ককলামলকুম তিমেল মাথুংশুনা চৈপিরাপাকি লোইপী হাওয়াম নোংমলহললে। নোংপাল মাপু কুরাও হংচৈ চেপনা য়েশিলপা লোইপি তকশোল মাপুতি মোমমু তালোই মরুপপী কেকে চামুরা খুরাং লাংমৈরেমপীনা তিমেন তায়েপ পাইনা চৈপীরে হাইতাপারা কাওরেল তারা পুঙচোংপাতি চিরেল য়িঙাং তৈ মালপী নাহুম অনিমাপু সায়ি পাকলোই য়েনা মললোই লালয়াম থারাপাকি লোকলেল হাংখুরোকপু কুমনা লাইচা য়িয়োংলুরাপাকা য়াংকেল নাকা তোলনৌসং মালপী হাসং লৈনা থপলিঙে লোইপি লোকলম য়িলনা হেমপা অচেন মাংওইনখিপা-

শিংনা লোইপি খেলপুঙথকতা পাওতমখিএ নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা কুরাও হংকা থাংনা য়িসুং লালচেনখিপাকা তানলোই মরুমপিগুড মাসানৌ তমপা মীকনথাই অমাকা কাওরেল মাসলচা মারুম লৈপুঙ মালুকুমপা মালপী মাচি শংকাই হাইতুমনাপা কাওকা মখোই ৪ মানা হেনপা য়িখোইকি লোকচাও পলতা লোইপি হাওয়াম ওমনা শিরৌর হেমপা য়িখোই খরা য়িমকা-রকলিপা অসিপু নংতনা হেমপা অয়ামপাতি হিংলমলারোই হাইনা পাওতমলারাপাকি থোনলাং মারুপ মরংহৌ হেমপা অরাং লুপ মাখি নাই কৌপা লৈহৌপুমনা হৌমাললোই মাথি নাইনা হেমপা হলনু পুমনা জৌনা লোইপী মপল থোঙপু শেম হেমপা হাও পাখঙ হুয়েল লল য়াংপানা চুং লোঙ থাকুপ হৌ তিলমেল ঙানোই চোংকুম লাইথাং হুইয়োম সানা য়িনথারকপাপু কাওরেল ঙয়া পুঙচোংপানা নাহারাপাকি লোকলেল রাংখুরোককি লোকলেল মাপাল অঙমপাতা মালপী মানা ফল কাওরেল মারাই লোং মালপী নিঙশা থিনকামনা লেপলুরাপাকা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা সানৌ মাচি মনাওতি লোইপী হাওয়াম নোংমললাপাকি তিলমেল থাংলেল চোমপুল সানা পুখংলুরাপাকা কাওরেল তুংতা থমনা মানেম মচা মুচা চিঙডু লাইপক থিলাপী য়াওমা সানৌ য়িখোই অহুমমাপু লোইপী তুংইন তাননারকপা অসিনা তলপা য়িখোইপু চেনঙমলারোই কাওরেলপু চেনলসে হাইপাগুঙ হোই য়াতারে মোমহু খোইমা মাই লৈরাকানো য়িসানৌ ক্লুরাং মিংনম মাইনমপা নঙগুং লালফম থামপী মৈশা লাংকুমপা অসিতা নিপা পুকচেল মাতোল লোমনা পুকনিং লাইরেক চলফারারোইএ লালফল লানশোক হলতক নোং মঙাইরে খোইমা নামাই লৈনা য়ামচেং নানম মুকলাকুনো কাওরেল নোংমলফমতা নোংমল

মানায়াসে হাইনা অশুম রাখৈনারাপাতা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপাতি সায়েং পালপু তিং কৈরা তালপুম খিঙ পুকয়ি ঙাকুম খেরাং থাং লৈয়ীঙাকুম খরাই লেপশুম চোংকুমনা পাওমেল্লকএ কেকে খুরাং লাংমৈরেমপী নংপুতি তিললে তারোল য়ামনাতুম লালশিললকও হাইরমলপকা সানৌ মচি মনাকতি তিমেল তা- রোল য়ামন। পুনা কাওরেল ঙারা পুঙচেংপকি সায় নাকতা লেপনা ঙাইথমলুরে হাইতপরা লোইপী মললোই থোললাং মনিল নাইপতি কাওরেল থিলও মালপী য়েও নোংপাল লৈরোং পামপা চেনকুনো হাইনা ছুয়েল লাল লাওননা য়িঙা মুখপী পাইকুম লোইপী ঙায়িল য়িলকুম হুকথালকলপকা লোকলেল রাংখুরোকতা হেমপা ছুইয়োম সাপপু মালেম লৈপু নিককুম হেমপা মাইফং সাপাতা নোংপাল মচি মনাওনা তিলমেল তায়েল য়াম্না ছুলনা লোইপী হাও মসেল তানা প ললপাকি লাংলেল উঙাম থাকুম লাল তুরপপু হেমপা পুকনিং অকি শোংকাংতানা লোইপি মাইফংসা হেমপা মরাং কৌনা য়িনচিললকলপপু নোংপাল মাচিম মনাওতি কৈরা তানসুম খিং সায়ং পালপু তিংনা তারোল খুংপাই য়ামনা ছুল খুরাং লাংমৈরেমপীনা তারোল চেনলাননা ফুনৈৱ মীতম চিংকুম তারোল চৈরংনতানা শোকনরে য়িংথিং পামহৈপা মপারি কাওরেল ঙারা পুংচোংপাশুং মালপী মাতিং তিংনা য়ি কাওরেল মামিং শংনা য়েং মালপী মামিং লাওতুম লাও ছুইতু লৈতাই খোঙ মালপী খুমাঙ খোং কাওরেল মামৈ কাং মালপী মাতু খিং কাওরেল নিংশা থিংকামনাপনা ঙামার উতোং মৈফু সুংকি চকমোম থামপী মৈকামথোককুম কাওরেল খোংতুম খোং মালপী চিরেল য়েং ওই লৈনা হাইনা লোইপী হাওয়াম- লকতা চোঙচিলখিপপু লোইপী কনানা থিলকে থিলওমতা

হেমপা কনানা য়ানকে য়ানঙমতনা লোইপী মপা মচা খঙতপা হেমপা পামতালপপু লোইচেলনরে লোইপী কোইতালনরপকি খৌতু মুঙতা থেংপা পামেল কোক থেংনপশিংতি চেংলৌ মমিৎ ফিংনা চেন হেমপা শিকাৎতপাশিংপুতি নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা সানৌ মচি মনাওনা পোলপী য়াসং তালকুম লেমলৈ ঙাসি লোককুম লোকখোকলে হেমপ। লমশাং য়িলনা চেনখৎ-লিপা শিংপুতি কাওরেল ঙায়া পুঙগেংপনা মালপী মাথি নাই কাওরেল মরাং হৌ মালপী নিংশা থিংকামননা লোইপি তুংয়িল তানখৎখিপপু হেমপা পলথোং থিংঙমলপকি লোইপি অসোঙপা হেমপা হমুপা শিংতি লোইপি মপারিশিংনা কাওরেল সনসা পুরকঙনে হাইনা ঙাইখমঙামপ। পুমনমতি কাওরেল লালতাল খোল মালপী সাফু খোলপু তানা হেমপা লাইখঙননা শোং-ফিরপকি লোইপি · হাওয়োম মানা খাঙচাঙমপপু মালপী ময়াং হৌ কাওরেল মাথি নাইনা লোইপী চেনরাইনরপকি হেমপা পলথোং নমথেকনপনা লোইপী লেংকাই শী হেমপা পামতালনরে কাওরেল ঙায়া পুঙচোংপতি থোনলাং খুললকতঙ মালপী য়িময়াই খাইনা কাওরেল য়িম মালেং হাংতনা মালপী ওকত্র লৈতাই খোংলোইপী য়িমপুম হাংতা হেমপা য়িমপুরেলপু খাকতনা থাং শাপকি মৈরিক চোংকুম মালপী নিংশা খিংকাম চিললপকি থোনলাং মলোই মপুংয়াইতা খোশ। থোইনা য়িমথিনকাইরক্লপকি খামপি মৈফম থেংনা হেমপা য়িম মৈহৌক্লপকি মৈপী তানকোই শাই মৈথু নোংলোল কানা চৎলম ফালশাং থুম খারা খেচং কিনথা সাইপু মৈতালপক লোইপী মারোন লোলকা থুম হেমপা মরোল লোনকা তাকনা পলথেংলপতা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপকা মরুম খুরাং লাংমৈরেমপী মসানৌ লুরাং মিৎনম মাইনমপকা

অহুমমনা লোইপি তারোল য়ামনা পুনা কাওয়েল ভারা পুঙচোং-
পকি মালপী তুংয়িন কাওরেল মামৈ হাইনা হুইয়েল লালতাল
খংলকপপু থোললাং মপুংয়াইপু য়োৗরকলপতা মললোই খামপী
মৈখা থোকলমলপকি কাওরেল ভারা পুঙচোংপা য়িমাল খুরাং
লাংমৈরেমপপু সকলা পাও লোইপী পাওইনপা হেমপা চিঙশাং
কৈমাইপকি লোইপি মারাল য়াই হোংপা অহোঙ য়িমপু সোক-
পিকনো হু ইপপু পাওমেলনরিবৈ নোংপাল পলথৌ মপ তাও
লোইপী চিশাং কৈমাইপা পলথৌ মসক মালনাপনা পারি নোং-
পাল চহুই লৈরোং পামপাও য়িমোম য়িহুইরোলকা নোংপাল
নাতৈ নানাওকি লৈরোং নাতিক থঙলে কাওরেল নাসলচাপু
থৌখামপিও হাইনা পাওমেল থোলকি কেকে খুরাং লাংমৈরেমপীনা
কাওরেল চারা পুংতোংপা মাললোই লালয়াম থিনা থোললাং
মৈগু থোপঃ কাওপু মালপী লোরো খামনা ফাচিললাপাকা
লোইপী থেলপুঙ থকতা কমনা আরা পোৎথালিবৈতা নোংপাল
তাললোই ১রুমপী খুরাং লাংমৈরেমপী মুংশি অরা লৈখৈতারাপীনা
হেমপা চিঙশাংকৈমাইপাকি সামু খুংচেং পাইনা মুংশি য়ারা
খোনথংনানা মিংকপ মলনারিবৈ লাইরেল মৈতিংঙু হেমতৌ
লোয়মপানা তুপী কোনলোই মাতিন মেলকি নোংপাল পোংবা
নিংথৌমল অমলপা নাকৈ কৈরোইহনপাপু খুলচা খুৎরাইনানা
নোংপাল মাতানা লৈরোং মতৌ কারম তৌপানো মিৎয়েং সাল-
খৈরুও হাইনা থৌশিরকপাপু থোনলাং মাপুং য়াইতা নামু পোংবু
ভরেৎ তরাশুনা রাইথুংলারাপাকি নোংপাল চাহুই লৈরোং পামপানা
পুকনিং হারাও মাথোই তোংনা মুংঙাই মারাং কাইরাপাতা হেমপা
লালকম লাইশেংলকপা পুমনামক থোললাং পুমনা তিলনা লোইপী
মাপলু থোঙতাকি পামেল চাওথোইপা তালা উনিংথৌ নাতুমপাপু

শিঙচঙ লৈতোইচল পামেল উমাই কৈতুপ কক তনলা পাল্লকক লৌ ফাললাং খোঙকাঙ পাননা সালসেমলাপাকা পামেল সাচি চঙ ভানলা খোঙচি নাক্লেং হুং লিরেল হিরি খোংফাংথাং মলপোই লৈহৌ মুরাপীনা খোঙমাঙ হিরি ফান থোললাং পাখঙ য়োইওই হাওপানা খোংনিঙ হিরি খোঙফাং চিং কাওরেলপুঙ তুংতায়িন নোংপান চহুই লৈরোং পামপা পাখঙ উরাংমৈকুম নাহা খাঙ-নৌপাভি পুকয়ি ঙাকুম খেরাংথাং লাংয়ি ঙাকুম খেরাই লেমতম চোংনা পুকনিং মরাং কাইএ মুংঙাই মথোই তোংনা লাইরেল মৈতিংঙুকি তুপি মাচংলম লাইরেল মাফন সাংপু তনলা হোই-থেম থারকলে হাইতাপার। হে লিকলাইও কৌপা চিঙলেল কৈতুপ সম য়িরোক লাইচম লালনা লমলেল শ্রায়াং খাঙপু নাতৈনানা লোইপী নোংফৌ মাচিংশাং লমলেল ঙাচৌ পুঙপু ঙমলোলনা তুমপুল লমহুশী মাথলে লমম হংপু নতৈনা লংলেল কৈথেল মালপীপু ঙমলোলনানা তুরেল লোকচ মাংচায়ি সাবোল মংলোলহিপু নাতৈনন। ফিক্ষোং নুঙথম শুপী শুরৌচিঙ কামপী ফুপাল লোইপী লোইরৌ চিঙপু নতৈনা অকোঙ থাংগুসাকপন নিঙঙোলপী কৌপা লাংলোই ঙমপী হুয়েল লালকাপা ফাপী লমলোই তাইতা মামা অখোং কাইনমঙ য়োলপা খলতোমপানা তাইপাল খমলাং নাওরেম পামপা লাংকোই সাতিকপ। মরমশাংপু ঙমথংনা হেমপা সেলমৈ চিঙকারম লোইপি রাইসোং ঙাইথিপা মরমশাং কৌপা চিঙপল পলসারমপু ঙমলোলনা কোইরেং আকোঙ লোকপু নাতৈনানা কৌপা চিঙথন মারোল য়ামপা লোকথন মারোল হকপাপু তুংওইনানা য়িচিকসিরাকোং নোংথোনপা লেলরাই থুপীচা মনম মাথা পালনা থৌতু মুঙনা নলনা সেংকা-তাকনা মারাল খুলতাকম রাইকোক লমমাহলপু য়োরাপাতা

লাইরেল মৈতিংগুনা নাত্তারাপাকি পোইরৈ কংলা য়াকালোই পুমনা হৌ অঙৌপা লুপতি লুপলেল লুপ লংমাই লুপতি থৌচালুপ কোঙপম লুপতি কোংচালুপ লৈচোল লাকপা তোললোং খোমপানা লুকমাচিংএ চিঙচারুপ খুরাই খাচালুপকা পোইরৈ লুপলেল তরুক মানা পামেল উওক লম্নাপকি অরং কৌপা লমশাং য়িল চিঙমৈরোং চিঙচেং কৈতুপ শম ওকলৌ হুইরৌ অচলপাপু নাতৈনা নিংথৌ পালেলপু গুমলোলনা তিনফাপাং নোংনঙ খোঙ হুপলৌ পাং কাইরম খোঙপু কৈতুপ শম থাঙ রাইপা লমশাঙ য়িল খোয়াখোঙ কৈনা শম উতঙপোক তুংওই থম্না লাইখোঙ খোঙচিন কৈতুপ লান্না চোইনৌ স্না কৈথেলপু য়োরকলপাত্তা পোইরৈ থাংঙা নিঙোলশি পুন্না হৌ য়োইপু লেঙনা ফাঙনা পামেল উরোকলমমে তাউচিঙ হৈলালনানা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপানা পুক্লিং মরাঙ কাইনা পামেল হোইচিঙলকপাপু তালা কুম্মৈ য়োনরমমে চোইনৌ স্না থোঙলেল চঙ তানথোং লমশাং চিঙ লেংথোঙ মফৈ তুপ চেচা নুংকোইপপু গুমলোলননা রাংম হুরুকপনা লাললৌফম তুপ হিকারমপু লমশাঙ য়িল নোং-চেঙচা মাইহ্মিপতি তানালম মেলচু নাহা অপালপা থেক্লা লম য়োইরেলচানা পুঙ কাইকম চকলাই ফালতোল নুংয়াহেক লাংকোই শামু থোঙ লমশাং য়িলনা কংলা উপাও তম্না ফমতা রাইথুং-লরপকা লাইরেল স্না মখেংখাদা মতাইরেম লাইরেল পাকী রাইরা স্না লিখ ওরোই তুপি তুংলৌ স্ন. ফি পাইরোই অচালপা নোংপাল চহুই লৈরোং পামপা পুন্থুঙচঙপি লায়োল থোককুম নিংথিপা পাথং উলাংমৈ নহা থাঙনৌপনা থুকলু লৈকা তানা তুপি মচংলম লাইরেমফালশাঙপু পামেল উকংচরপপু লাইরেল

মৈতিংগুতি পুক্রিং হরাও থোইনা মুংঙাই মরাং কাইরিঙ মতাই-রেম পোংপা নিংথৌমল অমলপা নাকপা খুলচা লাকপা। হাউসি ঙমচিঙপনা লাইরেল স্না মথোংখাতা লোক্লেল রাঙখুরোক্তা লে ই-পি মশিং থিঙমতনা নোংমলপা মলোই খুলচেং মরিমপু কাও-রেল নিংশা থিন কামথোকপনা থোনলাঙ মৈচু থোকপা মলোই মপুঙ তাক্লা উরাও ফাংলঙ য়ানপা থোনলাং পুম্ন খোম্না পামেল হোইচিংনারকপা মতাইরেম নোংপাল চহুই লৈরোং পামপকা মরুম খুরাং লাংমৈরেমপি লুরাং মিংনম মাইনমপকা অহুমমকী তলপা থায়াং মথৌমল কাওরেল মশল চা ঙারা পুঙচোঙপকী কাওরেল মতিক অক্লপপু কংলা লালপাও তম্নপত্তা লাইরেল মৈতিংগু হেমতো লোয়মপনা হারাও অকি চঙ মুংঙাই মরাং কাই পুক্রিং হরাও থোইনা মতাইরেম নোংপাল চহুই লৈরোং পামপতা লাই-রেল শঙতিং মরোল হুনা লৈরোং নমতা কুপ কংলা থোংকাও-চাপু তালফংলপকা শিনৌ নো থেলফমপু ফমহলাংয়ে হায়তপরা মশানৌ খুরাং মিংনম মাইনমপপুতি চৈরৈ ফি পিনা খুরাই খাচরুপকী হাউসি ঙমচিং হলচরে মতাইরেম নোংপাল তালোই মরুমপি কেকে খুরাং লাংমৈরেমপিতা চোইনৌ স্না ফাফেননা শেল হৈশোই থাঙনা চঙনা তয়ুম নাইশম শাংকা লোইননা লৈরোং মরিংনক্তা থিলথপিথিরে হায়তপরা নোংপাল কাওরেল মলচা মালপী ঙারা পুঙচোংপতি কাওরেল মচি অনিমতা চোইনৌ স্না শেল অনিমনা হেকঙাই লোঙখুম পলচল হুক্না মালপি কোলোই মমিং থোংপু কাওরেল ঙারা পুঙচোংপা মললোই লালফপা লোইপি থোললাং ঙমপা হুইয়েল লালয়াম ফাপা লোক্লেল খুরাং খুলোকপা। কাওরেল কোলোই মিঙথোংননা তয়ুম নাইপুম মঙা ঙনা নোংপাল ..িম নাক্তা থিলথপিথরে হাইতপরা হে লিক্লাইও ॥